# সংস্কৃত-পাউরৌ

খোমজিনগী ফিজোল হোংনুব

ব্রজবাসিময়ুম শ্রীমণিস্না শর্ম্মা শাস্ত্রী
রাষ্ট্রভাষারত্ন, শিক্ষণ কলা প্রবীণ

উপাধ্যক্ষ— নহারোল সাহিত্য প্রেমী সমিতি
প্রধান সচিব— মণিপুর সংস্কৃত পরিষদ
সা,/প্র, সচিব—মণিপুর হিন্দী পরিষদ

শ্রীশ্রীজগন্নাথরথযাত্রা
এলাংবমলৈকাই, ইম্ফালতঃ
১৩ আষাঢ় ১৮৯০ শকাব্দঃ
সংগ্রাহকানুবাদকেন ২৭ জুন ১৯৬৮ খৃষ্টাব্দঃ মূল্যম—২.৭৫
স্বত্বায়ত্তঃ প্রকাশকানুবাদকঃ সপঞ্চসপ্ততিদ্বিরূপ্যকে

---

মুদ্রকঃ— সরস্বতী প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফাল।

# কদায়দগী করিগীদমক খোমখিবা ?

মীওইবনা ফোংদোক্লীংবা রাখল'পুম্বা লোয়না চিংখ দনা হায়দোক্লবগী পাম্বে ( রাখলগী শাদোং ) মতিক-চারবা লোল অমত্তা লৈতে। মরম অসিমক্তনা ওইবা তায়— মীওইবগী পুক্নিং-রাখল ফোংদোক্লবা পাম্বে কয়া শেম্নিংখ্রিবসি, মখল মখলগী কলাশিং পোকখ্রিবসি। পাউরৌ, মীওইবগী সুপচিল্লবা রাখল, মচিত মচি ওইরব ভাব ফোংদোক্লবগী কলানি। সংস্কৃত লোল, মীওইবগী রাখল, মচিত মচি ওইরব ভাব ফোংদোক্লবগী ফনা মপুং ফারবনি। "মসিদা অসিগুম্ব ভাব ফোংদোক্লবগী কলা পাউরৌ য়াম্না মপুং ফানা লৈ।

সংস্কৃত সাহিত্য য়াম্নমক পাক-চাওরব সাহিত্য রত্না-করনি। মসিদা লুপশিন্না নৈনরুরবদা অপাম্ অপাম্বতা ফংবা য়াই। 'মপুম ফারবা মীওই' অমা ওইনা মহৈ মশিং হৈরব কাংবুগী মীরক্তা চংশিন্নবগীদমক সংস্কৃত রত্নাকরদগী মানা ওমজবা পোৎ লৌখৎপা তঙাইফদবনি। মতোম্দগী ফংলিবশিংসিগা লাম্বা তৌবা য়াবা ঙসি কাওবা পুথোরকপা লৈত্রি, লৈররোই ; মরমদি ঋষিযুগকী রাবু মপুম ফাদ্রব মীওইবগী যুগসিদা— কেগেনা যুদ্বী ওইবনা উগুম কান্নরোই।

ঐখোয়না খোমজিল্লুরিবা অসিদা পাউরৌদগী হেন্দোক্লন্তুনা ফিদম্মিডাই ওইরব লমচৎ ব্যবহার, হেনফদ্রব পাউতাক কয়ামরক্সমস্সু য়াওরি। মখোয়সিমক্তি নিংশিংব থোকত্রব মতমগী মমাংদগী ইকাই খুম্নরক্লবা অমস্সুং আ-তুং ফাওবা ইকাই খুম্নংৌখিগদব ঙাক্তনি। লাইরিক পনবা তারবদা— রামায়ণ, অধ্যাত্মরামায়ণ, অদ্ভুৎ রামায়ণ, স্কন্দপুরাণ, মনুসংহিতা, মহাভারত, ভট্টীকাব্যম, কিরা-তার্জুনীয়ম, কুমার সম্ভবম্, উদ্ভৎসাগরঃ প্রায়শ্চিত্ততত্ত্বম, চাণাক্য শ্লোক: কঠোপনিষদ অমস্সুং নীতি অমদি সদাচারগী অতৈ লাইরিক কয়ামরক্সমদগী মফম মতমগা চানরব রাক্ক কয়া লাইরিকসিদা য়াওরে। কদায়দগীনো নিংশিংব থোকত্রবা তৌইগুম্বস্সুং মখোয়গী অফাব গুণত্তনা ফাগ্রগা কাওগ্রো য়াখিদ্রব পাউরৌ কয়ামস্সু মসিদা মফম্ ফংলে।

হোংনজক্লরিবসিনা— সংস্কৃত সাহিত্য রত্নাকরগী চানব পুজারী নস্তব মথৈনা লোল অসিদা থুম্বারম্লিব কাংবুগী মচিত মচি ওইরব পাউরৌ, পাউতাক প উদম ফজবত্তু খরতা ওইরবস্সু— মণিপুরী লোল পাম্বৈনবা ফংনরগনি থাজজে।

শ্রীমণিস্মা শর্ম্মা

ইয়ং স্বর্ণপুরী লঙ্কা ন মহ্যং রোচতে সখে !
জননী জন্মভূমিশ্চ স্বর্গাদপি গরীয়সী । ১

স্নাগী লঙ্কাসি ঐ করিমত্তা পামজদে মরুপ ! অসিদসু নত্তনা স্বর্গ-রাজ্য মক্পুসু ঐ করিমত্তা পামজদে ; মরমদি অপোকপী ইমা-লৈবাক্তি স্বর্গমক্তগীসু হেল্লবনি।

বিনা পুরুষকারেণ নচ দৈবং সুসিদ্ধ্যতি । ২

হুপাথোক্লবু থবক মনোমৃত্রবদি নোংদম্ব বিধিনা ফনা নিংথিনা তম্বিরক্তুনসু নিংথিনা থক মহয় য়ান্দে।

উদ্যমেণ হি সিদ্ধ্যন্তি, কার্য্যাণি ন মনোরথৈঃ ।
ন হি সুপ্তস্য সিংহস্য, প্রবিশন্তি মুখে মৃগাঃ । ৩

নোম্ব কনবত্তনা থবক মহয় য়াল্লি ভাবনা দলাল শাবত্তনদি থক ওইদে। মচিঞ্জাক্লি হায়তুনসু তুমৃহনা লৈরিব নোংশাগী ময়াদা শজিনা থক চংলক্তে।

উদ্যোগিনং পুরুষ সিংহং উপৈতি লক্ষ্মীঃ ।৪

থবক নোমগনব নোংশা-পাঙ্গল কল্লব হুপা অহুত্তবু লক্ষ্মীনা পামৃজ্জে ।

সপ্তসিংহাঃ [redacted]পূর্ব্বং
পঞ্চ ব্যাঘ্রাঃ ত্রয়ো গজাঃ।
পশ্যন্তু দেবতাঃ সর্ব্বা, অদ্য ত্বয়া ময়া ।৫

ঐহাক মমাংঙৈদা নোংশা তরেৎ, কৈ মঙা অমস্তুং শামু অহুম জয় তৌরক্লবনি; নংগা ঐগা থেংনগদৌরিব ঙসিগী লানফমসিদি লাইয়াম কুম্মে ওইনা য়েংনজরশমু।

অরাবা ভারবদা থৌনা 'পুম্ব পুনশিনহনা পুক্নিং লৈত্তানা মায়য়োক্লবতনা থৌনা ফরব মীগী থৌদৌনি।

সূতো বা সূত পুত্রো বা যো বা কোবা ভবাম্যহং ।
দৈবায়ত্তং কুলে জন্ম, মদায়ত্তং তু পৌরুষং ।৬

কর্ণনা হায়খি—ঐহাক সূতমক [ব্রাহ্মণী ক্ষত্রিয় মুপাগী মচা, সারথি] ওইশনু নত্রগা সূতমচাস্মু ওইশনু, অনিসি নত্তব কনাগুম্বা অমস্মু ওইরশমু, মরমদি ঐনা হেক পোকনীংব শাগৈ জাৎ অমদা পোকলুবা য়াদে। মতুদি নোংদম্ব বিধিগী খুজিন থৌরাংগী মথা পোল্লি অদুগা ইথৌনাতনা মুপাথোক্লা নোম্বদি ঐগী ইখাপোল্লি।

মাতুলো যস্য গোবিন্দঃ পিতা যস্য ধনঞ্জয়ঃ।
সোহভিমন্যুঃ রণে শেতে,
নিয়তিঃ কেন বাধ্যতে? ।৭

শ্রীকৃষ্ণমুক্কী মমাক্ অর্জুনমক্কী মচানুপা মতিক চানস্ু হৈ-শিংলব মথৌনা লৈরব অভিমন্যু মকস্ু লালফম্ য়াহিপ-নব তাখি। নোংদম্ব বিধিগী খুজিল থৌরাংবু কনা থৈদোক্লুবা ওম্বগে ?

ভোজনং যত্রকুত্রাপি, শয়নং হট্ট মন্দিরে।
মরণং গোমতী তীরে,
অপরং বা কিং ভবিষ্যতি ? ।৮

অগং অকংবতা চাক্সরহনা স্নম্ন কোনব লেপ্ খিদনবা হোৎনজরিব, লাইশংদা শাইদাংলহনা কৈথেলদা ... কুহনা অহিং মশীং থিরিব, গোমতী তোর্ব্বান্দা অরোইবা য়াহিপ্নফম ওইনিব অসিগুম্ব মীওইসিগী। তুংগী ফিভমনি হায়ব খন্ননিঙাই করি লৈথিগদগে ? মঙোন্দগী হেন্না খুদোং-থিরব কনা লৈরমখিগদগে ?

জাতঃ, সূর্য্যকুলে পিতা দশরথঃ ক্ষৌণীভুজামগ্রণীঃ
সীতা তস্য পরায়ণা প্রণয়িণী যস্যানুজো লক্ষ্মণঃ
দোর্দ্দণ্ডেন সমো নচাস্তি ভুবনে প্রত্যক্ষ বিষ্ণু স্বয়ং
রামো যেন বিড়ম্বিতোহপি,
বিধিনা চান্যে পরে কা কথা ? ।৯

নিংথৌরেলশিংগী মকোক্ থোংলিবা সূর্য্যবংশগী নিংথৌ দশরথমক্না পোক্লব, অচুম্ব ফিরেপ্তগী হোংজদ্রবী সীতানা মাগী নাপ য়ারিব, ময়াম্ব নীংজরব লক্ষ্মণগী ময়াম্ব

পাম্বোম-পাঙ্গলদস্থ মপা লৈত্রব, বিষ্ণুমক্না শংশংনা অবতার তৌরব রামচন্দ্রমকপু নোংদম্ব বিধিনা লৌনম্বিরবদা অতৈ মেগী রাদি করিবু হায়গনি ?

শা ন নির্মিতঃ কেন ন দৃষ্টঃ ন শ্রুয়তে হেমময়কুরঙ্গঃ।
তথাপি তৃষ্ণা রঘুনন্দনস্থ
বিনাশকালে বিপরীতবুদ্ধিঃ ।১০

স্নাগী শক্তি পোকখিদ্রি (ব্রহ্মামকস্থ শেমখিদ্রি) কনামত্তনস্থ খক উখিদ্রি, মাগী মরীদা কনামত্তস্থ তাখিদ্রি। ...গুম্ন ওইথোক্তবত্তবু রামনা য়াম্নমক পামশিল্লুরে; মরমদি মা ওইব মাংলমদাইদা রাখল পুম্নমক চোয়রকই।

আদৌ মাতা গুরোঃপত্নী, ব্রাহ্মণী রাজপত্নিকা
ধেনুর্ধাত্রী তথা পৃথ্বী, সপ্তৈতে মাতরঃ স্মৃতাঃ ।১১।

অহানবদা অপোকপী, গুরুগী ইমা, বামোন লুপী, লৈবাক্কী অঙম্ব ওইরিব (নিংথো) গী লুপী, ষণবী, য়োকচবী, অমস্থং পৃথিবী মথোয় তরেৎসি ইমা-গুরু ঙাকনি।

পুত্রো কুপুত্রো জায়তে, মাতা কুমাতা ন ভবতি ।১২

ফত্ত ফত্রব মচাদি য়াওরকই ফত্রব মমাদি থক লৈতে। মচানা মমাগী মকমদা তৌফম থোকপ মথৌদাং

ইপাং পাংথোক্লক্ত বদস্থ মমানা মচাবু হুংশিদবা থক্ লৈতে।

গুরোর্যত্র পরীবাদো, নিন্দা বাপি প্রবর্ত্ততে।
কর্ণৌ তত্র পিধাতব্যৌ, গন্তব্যংবা ততোহন্যতঃ। ১৬

মশাগী দোষশিং চাংথোক চাংথোক্লতনা নত্রগা মশাদা লৈতব দোষশিংবু হায়ত্তুন-হায়জিন্দুনা গুরুবু তাথিনা চৈরক্লবদি অহানবদা নাকোং অনিমক্ মেনৃশিন্দুনা থাংগদবনি য়ারক্ত্রগা মফমত্থু থাদোক্তুংনা অতোপ্প মফমদা চৎখিগদবনি।

আচার্য্যশ্চ পিতাচৈব, মাতা ভ্রাতা পূর্ব্বজঃ।
নার্ত্তেনাপি অবমন্তব্যাঃ, কর্ম্মণা মনসা গিরা। ১৫

ওজা, ইপা-ইমা, ইয়াম্ব ইচিন-ইনাও মথোয়সিদগী করিগুম্ব পুক্লিং হুংগাইতব-শাওনীংবনচিংব ফনা ফংলবদস্থ করিগুম্ব থবক অমত্তনা পুক্লিংনা (মননা) নত্রগা রাহৈনস্থ তাথি তাওইনা থৌশা রাশাদব নত্রগা শাওনীংব মতৌনা থক্ পাউথুম পীরোইদবনি

যং মাতা পিতরৌ ক্লেশং, সহেতে পুত্রকারণাৎ
ন তস্য নিষ্কৃতিঃ শক্যা, কর্ত্তুংবর্ষ শতৈরপি।১৫

নাওয়োকপদা মমা-মপা'নিনা থাংগ্রিব অরাবশিংত্থুগী মচানা চহি ১০০/১০০ চংনা ফনা কম্না লম্নন শিংলবদস্থ মথোয়ত্থু লোয়না কোক্থোক্পা থক্ ওমদে।

তয়োর্নিত্যং প্রিয়ং কুর্য্যাৎ, আচার্য্যস্যচ সর্ব্বদা
তেষুএব ত্রিষু তুষ্টেষু, তপঃ সর্ব্বং সমাপ্যতে ।১৬

ইমা-ইপা, ইহৈ তম্বিরকৃপ ওজা অহুমসি মতম লৈবখিবিক্তা পেলহন্নবা কম্না কেংনগদবনি— মথোয়না য়াবতা তৌগদবনি। মখোয় অহুমসিনা পেন্‌বিরবতদা—লাইনিং পুম্বগী মহয় পুম্বা স্থনা ফংলিবনি. অহুমসিগী মপুক্লিং লিরবতদা তৌরু তৌরুব থবক্ পুন্নমক মাইপাক্লিবানি।

তেষাং ত্রয়াণাং সুশ্রূষা, পরমং তপঃ উচ্যতে।
ন তৈরভ্যনুজ্ঞাতো, ধর্ম্মমন্যং সমাচরেৎ। ১৭

ইমা ইপা ওজা অহুমসিগী সেবা তৌবা, পেলহন্‌বতনা খাইমক্তগী অথোয়ব লাইনীংনি— [ অচুম্ব লম্বীনি ] মখোয়গী ময়াথং লৌদনা করিগুম্ব ধর্ম্ম কর্ম্ম অমত্ত তৌফদে।

শত্রোরপি গুণাঃ বাচ্যাঃ, দোষাঃ বাচ্যাঃ গুরোরপি
সর্ব্বথা সর্ব্বয়ত্নেন, পুত্রে শিষ্যে হিতং বদেৎ। ১৮

য়েক্লবমক্কীস্থ মগুণদি শীংথাগদবনি গুরুমক্কীস্থ অশোয়-অণ্ডামদি শীংথাগদবনি। মফম মতম-ফিভম পুন্নমক্তা ঙস্বমচৈং হোৎনহুনা মচা অমস্থং ছাত্রশিংদদি কান্নগদব রাতা হায়বিগদবনি।

ন গৃহং গৃহমিত্যাহুর্গৃহিণী গৃহমুচ্যতে।
তয়া হি সহিতঃ সর্ব্বান্, পুরুষার্থান্ সমশ্নুতে। ১৯

য়ুম্বানবী হুপী য়াওদ্রবদি য়ুমহু য়ুম্ ওইদ্রবনি, য়ুম নিংথিনা শাবত্তনদি য়ুম্বানব কৌদে, য়ুম্‌লৈমত্তনা য়ুম্ কৌনরিবনি। হুপা থোকপ শিঙ্খা'পুম্বা মাগা লোয়নর-বত্তদা নিংথিনা পাংথোকপা য়ারিবনি।

কন্যা বরয়তে রূপং, মাতা বিত্তং পিতাশ্রুতং।
বান্ধবাঃ কুলমিচ্ছন্তি, মিষ্টান্নমিতরে জনাঃ। ২০

হুপী থাজবদা— লৈশাবীহুনা মপুরোইব ওইগ-দৌবিবহুগী মশক মতৌ ফজবতা খল্লি মমানা মচা লৈরুগদব ইমুংহু চাব থকপা য়াত্তবরা য়েংই, মপানা মমাক ওইগদৌরিবহু মহৈ-মশিং হৈবরা য়েংই, শাগৈনা বরগী ইমুং-মহুং অমসুং শাগৈ মীওইশিংহু ঐথোয়গা তিঙ্খবা য়াগদরা অসিতা ময়েংই অহুগা অতৈ মীওই-শিংনা— 'ঐথোয়দি অচা-অথক্ ফরগা লোয়রে অসিতা মনীংই।

শশিনা সহ যাতি কৌমুদী,
সহ মেঘেন তড়িৎ প্রলীয়তে।
প্রমদা পতিবর্ত্মগা ইতি প্রতিপন্নং,
হি বিচেতনৈরপি। ২

থাবলনা [ মপুরোইব ] থাজগা লোয়ননা চৎলি, নোংথাংনা নোংগা লোয়নৈ— হুপী ওইবীনা মপুরোইবগী হৈনা তুং ইঙব হৌনশানি— য়াকম অসি অঙাং কাওবা থঙ্‌লবনি।

মনসা নিশ্চয়ং কৃত্বা, ততো বাচাভিধীয়তে।
ক্রিয়তে কর্ম্মণা পশ্চাচ্চ, প্রমাণং মে মনস্ততঃ ।২২

সাবিত্রীনা মপাদা নারদগী মমাংমক্তদা হায়খি—মীওইব অহানবদা পুক্নিংদা য়ারেপ তাগদবনি ( তৌগদব থবক্কী কায়াৎ পুম্নমক্ পুক্নিংদা হান্না য়াথোক্কদবনি ), চিন্না কোন্না ফোংদোক্কদবনি অতুগা চিন্না হংয়দোক্লিবতু থবকতা পাংথোক্কনি ; মরম অসিনা ঐহাক্কী পুক্নিংতনা অহানব অমস্তুং মরু ওইবু প্রমাণনি।

পিতা রক্ষতি কৌমারে, ভর্ত্তা রক্ষতি যৌবনে।
পুত্রশ্চ স্থাবিরে ভাবে, ন স্ত্রী স্বাতন্ত্র্যমর্হতি। ২৩

নুপীগী পুন্সিদি অঙাং ওইবিভৈদা মপাগী মিংথংদা মথাদা, মপুং ফারবনা মযুম্ পাল্লগনা মপুবোইবগী মিংথংদা মথাদা, অহল ওইরক্লবদসু মচানুপাগী মিংথংদা মথাদা লৈগদবনি। মাহাক্তি করিগুম্ব পুন্সি মতাং অমত্তদা মনাইংমথা তন্না মরনাই য়াথলনা লমকেং লমহায়না লৈবা যাদে।

লেখর্ণা পুস্তিকা জায়া, পরহস্তগতা গতা।
যদি সা পুনরায়াতি, ভ্রষ্টা নষ্টাচ মর্দ্দিতা। ২৪

কোক্লাম, লাইরিক অমস্তুং নুপী মখোয়সি মীপুত্তবু চনুপ্লবদি অমুক হল্লকপগী য়া থল্লুদবনা ফবে। মখোয়সিনা অমুক্ হল্লকপদদি হান্নগুম্ ফিভম কায়দনা থক্ ফংদে।

স্ত্রিয়াশ্চরিত্রং পুরুষস্য ভাগ্যং,
দেবাঃ ন জানন্তি কুতো মনুষ্যাঃ ? ২৫

চিত্তে ভ্রান্তির্জায়তে মদ্যপানাৎ,
ভ্রান্তে চিত্তে পাপচর্য্যামুপৈতি।
পাপং কৃত্বা দুর্গতিং য়ান্তি মূঢ়াঃ,
তস্মাৎ মদ্যং নৈবপেয়ং ন পেয়ং।৩২

যু থক্লগা পুক্লিং-ৱাখল চোয়, পুক্লিং অসি পাপকী লম্বীরোমদতা চংশিল্লি, ফত্রব থবকতবু তৌরুরবদি খুদোং খিৱব কয়ামরুম থেংনবা হৌনশানি, মসি পংলব কাংবুগী খৌদৌনি, মরম্ অসিনা কৈদৌঙৈদশু যু থক্লোইদবনি, থকপা হৌনদে।

পয়োপানং ভুজঙ্গানাং, কেবলং বিষবর্দ্ধনং
উপদেশো হি মূর্খাণাং, প্রকোপায় ন শান্তয়ে।৩৩

লিলদা সাত্বিক গুণগী চিঙ্গাক্লি হায়দুনা ষঙ্গোম পিথক্লুনসু ফত্রব স্বভাব থাদোকৃতবনা ছুতা মহেনৃগংলি, মতৌ অসুম্না ফত্রব পংলবা মীশক্তা পাউতাক্ পীবদি অশাওব ছুতা মহেনৃগংলি, ফত্রব স্বভাব থক্ নেম্বা লৈতে।

বরমেকো গুণী পুত্রো, নচ মূর্খশতান্যপি
একশ্চন্দ্রঃ তমো হন্তি, নচ তারাগণাঃ অপি।৩৪

পংলব ফত্রব মচা ১০০/১০০ পোকপদগী গুণ চেৎলব ফরব মচা অমত্তং লৈজবনা চারমক্ হেন্না কৈ। থরানমিচাক মপৈ মপৈনা অমম্বা কোকৃহনবা ভম্দে অতুগা থা খোক্লবদি পুম্ণাল ঙাল্লি।

ঋণকর্ত্তা পিতা শত্রু র্মাতা চ ব্যভিচারিণী
ভার্য্যা রূপবতী শত্রুঃ পুত্র শত্রুরপণ্ডিতঃ । ৩৫

শেন্দোন থনম্বা মপা, মমা, শকহেনবী নুপী, মহৈ-মশিং হৈত্রব মচানুপা মখোয় মরিসি মীওইবগী য়েক্লবনি।

অবংশো পতিতো রাজা মূর্খপুত্রশ্চ পণ্ডিতঃ
অধনশ্চ ধনংপ্রাপ্য তৃণবৎ মন্যতে জগৎ । ৩৬

অতোনব শাগৈদ পোক্লব জাৎনাইদ্রব মীশকনা লৈবাক্কী অঙম্ব ওইরবদা ( নিংথৌ ওইরবদা ), পংলব অঙাংনা হৈ-শিংলক্লবদ, লাইররম্ব মীনা ইনাক্ খুল্লক্লবদা, জগৎ অসি নাপীগুম্না খল্লকই— কনামতুবু থোশারক্তে।

মাতা শত্রুঃ পিতা বৈরী
যেন বালো ন পাঠিতঃ । ৩৭

মচাবু মহৈ মশিং তমহল্লব-তম্নব শিনবিত্রবা মমা মপাদি চানব য়েক্লবনি।

জ্ঞাতিভির্বণ্ট্যতে নৈব, চৌরেণাপি ন নীয়তে ।
দানেন ন ক্ষয়ং যাতি বিদ্যারত্নং মহাধনম্ । ৩৮

শাগৈনস্থু য়েন্নবা য়াদে, হুরানবনস্থু হুথিবা য়াদে পীথোক্লবস্থু ময়েং তাদে— মহৈ-ললদি অথোয়বনি।

বিদ্বত্বঞ্চ নৃপত্বঞ্চ নৈব তুল্যং কদাচন।
স্বদেশে পূজ্যতে রাজা বিদ্বান্ সর্ব্বত্র পূজ্যতে ।৩৯

মহৈ হৈয়ব মীগা রাজনৈক নেতাগা ( নিংথৌমক্কা ) খক্ মান্নবা য়াদে, রাজ নেতাশিংদি মরম্দতা চাউজবনি— ইকাইখুম্নজবনি অত্তগা মহৈ হৈরব মীওইদি মীরম-ইরম্ পুন্নমক্তা ইকাই খুম্নে।

নচ বিদ্যা সমো বন্ধুঃ নচ ব্যাধি সমো রিপুঃ।
নচাপত্যঃ সমো স্নেহো নচ দৈবাৎ পরং বলং।৪০

মহৈগা মান্নব মরুপ লৈতে, ব্যাধিগা মান্নরব য়েক্নব লৈতে, মচাগা মান্নবা নুংশিবা লৈতে, নোংদম্ব-বিধিদগী হেন্না পাঙ্গলব অমা লৈতে।

বিদ্যযা পূজ্যতে লেকে, বিদ্যয়া সুখমশ্নুতে।
বিদ্যা শুভকরী কিন্তু স্বল্পা বিদ্যা ভয়ংকরী। ৪১

মহৈ হৈববদি মীরক্তা ইকাইখুম্নে, নুংঙাই-য়াইফনা পুন্সি লেল্লি অত্নমদি ওইরগা খজিক্কা হৈরুব মহৈদি অকিবগী মশক্নি, থুদোং থিংনেনবনি।

বিদ্যা বিনয় সম্পন্নে ব্রাহ্মণি গবি হস্তিনি
শুনিচৈব স্বপাকেচ পণ্ডিতাঃ সমদর্শিনঃ। ৪২

মহৈ হৈরব নোলুব্রব মীওইদি— ব্রাহ্মণ, মণ, শামু, হুই অমসুং মশামক্কা থোংলব পোৎ নত্নগা মীনা থোংলকপ পোৎ পুন্নমকসিদা চপ মান্নবা উই।

চলচ্চিত্তং চলদ্বিত্তং চলজ্জীবন যৌবনং।
চলাচল মিদং সর্ব্বং কীর্ত্তির্যস্য স জীবতি। ৪৩

মীওইবগী পুক্সিং, লল-থুম পুন্সি অমসুং যৌবন পুম্নমক্ তথক্ তথক্লব কুইনা থক লৈতাব্রব ডাক্তনি অদুগা মিংচৎ উয়োং থিল্লব মীওইদি কুইনা হিংলবনি।

ন রত্ন মন্বিষ্যতি মৃগ্যতে হি তৎ। ৪৪

রত্নবু মীয়াম্না কোয়থি থি অদুগা রত্ন মশাক্নদি কনা-মত্তবু থক্ থিরুদে।

অগাধজল সঞ্চারী বিকারী নচ রোহিতঃ
গণ্ডুষজল মাত্রেণ সফরী ফর্ফরায়তে। ৪৫

অচৌব ঈশিংদা লৈব রৌগুম্ব ঙাজাওনা পংনা মোং-হাদে, অপিকপ ঈশিংদা লৈবা ঙাহোনচিংব ঙা মচান মকা-রাম্না ফ্রিং ফ্রিং চোংই।

সম্পূর্ণ কুম্ভো ন করোতি শব্দং,
রিক্তং হি পাত্রং ধ্বনতি প্রকামঃ। ৪৬

মপুক্ থল্লব চফুদি মখোল থোক্তে, অহাংবা পাত্রতন্না মখোন্ থোক্ই।

তৃণানি নোন্মূলয়তি প্রভঞ্জনো,
মৃদুনি নীচৈঃ প্রণতানি সর্ব্বতঃ।

সমুচ্ছ্রিতান্যেব তরূন্ প্রবাধতে,
মহান্ মহত্যেব করোতি বিক্রমম্ । ৪৭

হুংশিংনা শোল্লব নাপীশিং থদংতে চাওর চাওরব উপাল-রাপালশিংবু লায়না কুক্তোকই। অচৌ অচৌব মীওইনা মমাম্নব অচৌব মীওইতদা মখোনা ফুদোকই অপিকপ অশোনবদা থক্ ওং-নৈরূদে।

আচারো বিনয়ো বিদ্যা, প্রতিষ্ঠা তীর্থদর্শনম্ ।
নিষ্ঠা বৃত্তিস্তপোদানং, নবধা কুললক্ষণম্ । ৪৮

লমচং ফজবা, নোল্লুকপা, মহৈ হৈবা, মিংচং ফরব, তীর্থদর্শন তৌগনবা, শাস্ত্রগী পাউতাক কায়দনা ইনবা, বেদ নৈনগনবা, লাইনীং চেংপা অমসুং দান তৌগনবা মাপল অসি অফবা শাগৈগী খুদমশিংনি। পাম্নী পুম্নী থুক্তুং ইমা— ঐদি অফবা শাগৈ জাত্তা পোকপনি ফম্নবনি, থাজনবা লাল্লি।

সাক্ষরাঃ বিপরীতত্বে রাক্ষসাঃ এব কেবলং ।
সরসো বিপরীতোঽপি সরসত্বং ন মুঞ্চতি । ৪৯

লাইরিক হৈরবশিংনা ওম্নব অরাম্নব লম্বী চংলক্লবদি চানব হিংচা-য়াইতম্ন ওইরকই অদুগা রস মশক থঙ্লব হিরমশিং মমূত্তানা থঙ্লব মীওইদি— রাখল, লমচং ফনা হোংদোকখিভুনসু মতোম্দা নৈরিব রস থঙ্বগী মতৌদি ইথা মথাদোক্তে।

প্রস্তাবঃ সদৃশং বাক্যং, সদ্ভাবঃ সদৃশং প্রিয়ং ।
আত্ম-শক্তি সমংকোপং,
যো জানাতি স পণ্ডিতঃ । ৫০

মফম্ মতম্ চানা য়া ঙাংলিব, মাগা হৃংশিনরিব মওংহু কায়দনা চংলিব অমসুং মথৌনা মতুং ইন্না শাওজবা (মতিক মপা নত্তবদা থক্ শাওরুদব) মীওইদু অশিংবনি ।

সূর্পবৎ দোষমুৎসৃজ্য গুণান্ গৃহ্লন্তি সাধবঃ । ৫১

য়াংকোক্না য়াই থগ্তোকপ্রগা মচংতা লৌশিন্বগুম্ অফব মীওইনা মীগী দোষশিং থন্দোক্লগা মীগ্গী নৈব গুণশিং-হুত্তা লৌশিল্লি ।

অনভ্যস্তা বিষং বিদ্যা, বৃদ্ধস্য তরুণী বিষম্ ।
অরোগেতু বিষং বৈদ্যো হি,
অজীর্ণে ভোজনং, বিষম্ । ৫২

মমূত্তানা হৈত্রব মহৈদি হৃগা পাংথক্লি, নহা ওইরিবী নুপীনা অহল ওইরব মপুরোইবগী মফমদা হৃগা পাংথক্লি, নাত্রব মীগী মফমদনা মাইব ( ডাক্তর ) হৃগা পাংথক্লি, তুমক্লিবৈঙেদা অমুক্ চাশিন্বা হৃগা পাংথক্লি ।

অভ্যর্থনাভঙ্গভয়েন সাধু
র্মাধ্যস্থ্যমিষ্টেঽপি অবলম্বতেঽর্থে । ৫৩

হায়জরুবদা করিগুম য়াবিরকত্রবদি— অশুম্না চিংনহ্নে। সজ্জননা মানা পামজরুবহু পাংথোক্লবগীদমক্তা কনাগুম্বা ময়ায় লেপ্পা— পাউ পুবিনব অমা পাম্বে ওইনৈ।

ঋতে কৃশানো র্ন হি মন্ত্রপূত,
মর্হন্তি তেজাংসি অপরাণি হব্যম্। ৫৪

হোম তৌনবগীদমক্তা মন্ত্রনা শেংদোক্লব মীহু মজ্জগী মৈদ নত্তনা অতৈদা লংথকদে।

শাম্যয়েৎ প্রত্যপকারেণ নোপকারেণ দুর্জনঃ।৫৫

ফত্তব মীদি প্রতীকার তৌবতনা লাকশিনগদবনি, কার তৌবিবনা য়ারোই।

প্রয়োজনাপেক্ষিতয়া প্রভুনাং
প্রায়শ্চলং গৌরবমাশ্রিতেষু। ৫৬

মপু ওইবশিংনা মনাইশিংবু মাগী মাগী কান্নগদব য়ংল-য়েংলহুনা অচাল-অরাই নাইনা লোয়নৈ।

চারৈঃ পশ্যন্তি রাজানঃ
শাস্ত্রৈঃ পশ্যন্তি পণ্ডিতাঃ।
গাবঃ পশ্যন্তি ঘ্রাণেন ভূতে পশ্যন্তি বর্ব্বরাঃ।৫৭

লৈবাক ডাকপশিংনা সি,আই,ডী, শিং পাম্বেনরহুনা লৈবাকী ই-পাউ লৌই, পণ্ডিতশিংনা শাস্ত্র জ্ঞান পাম্বেনরহুনা উদব কয়া উই, মণশিংনা মনম্না খঙই অহুপা

অপংবশিংনা— থৌথোক্নশিং থোক্প্রবতদা অসি ওইরে হায়বা থঙই মথোয়দি আ-তুংদা থোক্লগদব অমত্তা মাংজোননা থঙদে।

স্বর্ণমুদ্রা ভবেত্তাম্রং বণিকপুত্রশ্চ মর্কটঃ
সারল্যং সরলে কুর্য্যাৎ
শঠে শাঠ্যং সমাচরেৎ। ৫৮

স্না থাংঙেন কোরি থাংঙেন ওনখিবগুম— ললোনব ফুপাগী মচাস্ন য়োং ওনথ্রিবনি। তিংনা লোয়নব য়াবনা তিংনা লোয়নগনি অত্তগা পুকচেল শেংনব্রব মীদনা খোয়না চৎকদবনি। তংখং অমবু অমনা হনবা হোন-শানি।

---

ব্রারী— ব্রাহ্মণ, অমনা মরুপ ললোনব অমদা স্না থাংঙেন শীন্নরম্নগা তীর্থ চৎখি। হল্লক্লবদদি স্নাগী মহুত্তা কোরী পীররে। ব্রাহ্মণত্না চান্নশিন্নবগা ললোনবত্তগী মচা অমা মহৈ তম্বিনব পুখি। খরা লৈরগা য়োং মচা অমা হনৃবিখি। ললোনবত্না নিংথৌদা ব্লাকৎখি। ব্রাহ্মণনা মথক্কী অস্নুম্না থুমখি।

যঃ স্বভাবো হি যস্যাস্তি স তেন দুরতিক্রমঃ।
শ্বা যদি ক্রিয়তে রাজা
স কিং নাশ্নাতি উপানহম্। ৫৯

মীওইব মশা মশাগী হৈনবী (স্বভাব) পাক্ থাদোক্তে। হুইবু নিংথৌ ওইহল্লবস্নু শউন খোংউপ উবদা চাথোকই।

অর্থস্য পুরুষো দাসো, দাসস্তু অর্থো ন কস্যচিৎ।
ইতি সত্য মহারাজ, বদ্ধশ্চার্থেশ্চ কৌরবৈঃ।৬০

মীওইব শেলগী মনাইনি অতুগা শেলদি কনাগস্তগী মনাই ওইদে (কনামস্তনা মীনাই ওইহনব ঙম্‌দে)। মসি লেংত্রব রাঞ্চম্নি। যুধিষ্ঠির, ঐহাক্সি কৌরবনা চাননা অর্থ শক্তিনা লৈঞ্চবনি— ভীষ্মনা হায়খি।

অতিদর্পে হতা লঙ্কা, অতিমানেচ কৌরবাঃ।
অতিদানে বলির্বদ্ধঃ, সর্ব্বমত্যন্ত গর্হিতম্।৬১

রাবণনা ঐ মঙাইরে হায়না অখোয় নাপল কারুবদগী লঙ্কা তুম্না মাংখি। কৌরবনা মীচং কল্লে রাজ শক্তি পায়রে হায়না চাওথোকলুবদগী শাগৈগা কোম্লনা মাংমিল্লখি। হিংচাবশিংগী নিংথৌ বলিনা কা হেন্না দান তৌরুবদগী মশামক অফা অপুন নংখি। কা-হেনব থবক হায়বসি মফম মতম পুম্নমক্তা, থক্ তৌফদে।

অন্নং জীর্ণং হি প্রশংসেৎ,
ভার্য্যাং বিগতযৌবনাম্।
রণাৎ প্রত্যাগতং শূরং, শস্যঞ্চ গৃহমাগতম্।৬২

চিঞ্জাক্ পুম্নমক কুইনা চানরক্লবতদা— মগুণ খঙলবতদা থাগৎকদবনি। যৌবনগী মতাং লাম্থোক্লবতদা নুপীবু থাজগদবনি। লালদগী মাইপাক্লা হল্লক্লবতদা অকনবু থাগৎনগদবনি। ফৌ হল্লাইনচিংব চিঞ্জাকশিংবু ইয়ুম

মীরল্লবক্তদা নে-তানা থাজগদবনি। করিগুম্ব পোং অমত্তা মগুণ খঙড্রিক্তৈদা ফরে হায়না থাগংফদে।

মাতৃবৎ পরদারেষু পরদ্রব্যেষু লোষ্ট্রবৎ
আত্মবৎ সর্ব্বভূতেষু যঃপশ্যতি স পণ্ডিতঃ ।৬৩

অতোপ্প মুপীবু ইমাগুম্, মীপোংপু লৈচুমগুম, থরাই পানবশিংবু ইশামক্কুম খল্লব মীওইচু চানব পণ্ডিতনি।

মাতা যস্য গৃহে নাস্তি, ভার্য্যাচ ব্যভিচারিণী
অরণ্যং তেন গন্তব্যং, যথারণ্যং তথাগৃহম্। ৬৪

মমা লৈত্রব, অতুগীস্সু মথক্তা মুপীনস্সু মরমচং নাইত্রবদি মুপাচু বন চংথিবনা ফরে; মরমদি মাহাক্কীদি বন অমস্মুং য়ুম্ অনিচু চপ মান্নরবনি।

শ্রদ্দধানাঃ শুভাং বিদ্যাং আদদীতাবরাদপি
অন্ত্যাদপি পরং ধর্ম্মং স্ত্রীরত্নং দুষ্কুলাদপি। ৬৫

অফব বিদ্যাদি অপিকপ মীদগীস্সু লৌশিনগদবনি, ধর্ম্মগী পাউত্তাকৃতি অতোনব জাতিদগীস্সু লৌশিনগদবনি, ফত্রব শাগৈদা পোক্লবস্সু অফব মুপী তরাম্মা লৌশিনগদবনি।

প্রথমে নার্জ্জিতা বিদ্যা, দ্বিতীয়ে নার্জ্জিতং ধনং
তৃতীয়ে নার্জ্জিতং পুণ্যং,
চতুর্থে কিং করিষ্যতি ? ৬৬

পুন্সিগী অহানব শক্তক্তা মহৈ তমহৌদ্রব, অনিশুবক-পদা লল তানশিনহৌদ্রব, অহুমশুয়কপদা পুন্য তানশিন-হৌদ্রবদি মরিশুরকপদদি অমুক্ করি তৌথিগনি ?

ন বেত্তি যো যস্য গুণপ্রকর্ষং,
স তং সদা নিন্দতি নাত্র চিত্রম্ ।
যথা কিরাতী করিকুম্ভলব্ধাং,
মুক্তাং পরিত্যজ্য বিভর্ত্তি গুঞ্জাম্ । ৬৭

মগুণ খঙত্রব পোংপু মীওইবনা তাথি, মসিদা করিম্ উক্লিঙাই লৈতে কিরাত নুপীনা মনাক্তা লাইনা ফংলিব শ্যামু-মুক্তাবু থোশাদনা থাদোক্লগা গুঞ্জা পবেংনা মশাগী 'লৈতেং ওইনৈ ।

কোঽতিভারঃ সমর্থানাং কিং দূরং ব্যবসায়িনাম্ ।
কো বিদেশঃ সবিদ্যানাং
কঃ পরঃ প্রিয়বাদিনাম্ ? ৬৮

পাজল ফব্নিব মীগীদি পোৎলুম লৈতে, ললোনব মীনা ময় লাপ্পা খঙদে, মহৈ হৈরবশিংগী লংকৈ হায়বা লৈতে, য়াঙাং খোনফম্ নুংশিব্নব মীশিংগীদি মী পুম্নমক মাগী ওাক্তনি ।

অজাযুদ্ধে ঋষি শ্রাদ্ধে প্রভাতে মেঘডম্বরে ।
দম্পত্যোঃ কলহে চৈব বহ্বারম্ভে লঘুক্রিয়া । ৬৯

হামেং য়াইনবা, ঋষিশিংনা শোনব শ্রাদ্ধ, অয়ুক্ হৌরব্নকপ নোং, মতৈ-নমাও খংনব— মথোয়সি হৌগং-

লকপদদি চীংফূক্কদবগুম য়াম্না মতৌ মাল্লগা মমৈদদি করিস্‌ শীংথানিঙাই লৈতে। তোপ্পা হৌরগা পোক্লাওবীনা লোয়শিন্‌থি।

বজ্রাৎ অপি কঠোরাণি মৃদুনি কুসুমাৎ অপি
লোকোত্তরাণাং চেতাংসি
কো হি বিজ্ঞাতুমীশ্বরঃ ? ৭০

মীথোয়-মীহেল্লব কাংবুগী থম্মোইদি করিগুম্বদা বজ্র-দগীসু হেন্না কল্লি অদুগা করিগুম্বদনা লৈদগীসু হেন্না থোংলি। মরম অসিনা মথোয়বু কনামত্তনা চপ্‌চানা খঙ্‌বা ঙমদে।

বাণিজ্যে বসতে লক্ষ্মীঃ, তদৰ্দ্ধং কৃষি কৰ্ম্মণি
তদৰ্দ্ধং রাজসেবয়াঃ ভিক্ষয়াঃ নৈব নৈবচ। ৭১

লৌোনবদনা থল্লাইদগী হেন্না লল্‌ ফংই, মদুগী তংখা অমা লৌউবদগী ফংই, মদুদগী তংখায় অমা তানা সর-কারগী থবক তৌবদগী ফংই অদুগা ভিক্ষা নিবদগীদি ফংবসু য়াও ফংদবসু য়াওই।

কায়েন মনসা বাচা, সৰ্ব্বাবস্থাসু সৰ্ব্বদা।
সৰ্ব্বত্র মৈথুনত্যাগো ব্রহ্মচর্য্যং প্রচক্ষতে। ৭২

পুক্নিং হকচাং রাহৈগী কিভম মতম পুম্নমক্তা-অপাম-হুংশি চিল্লোক্লবা থাদোকপবু ব্রহ্মচর্য্য কৌই।

শরীরমাদ্যং খলু ধৰ্ম্মসাধনং। ৭৩

হকচাংনা মীওইবগী ধর্ম্ম তাম্নবগী ইহান্ হান্নব পাম্বেনি।

বিষবৃক্ষোঽপি সংবর্দ্ধ্য স্বয়ং চেত্তুমসাম্প্রতম্ ।৭৪

ছ পাম্বীমক ওইরবসু ইশামক্না শেম-শারহনা মপুং কাহন্‌গ্রবহৃদি মাংহন্‌ফদে।

শুভস্য শীঘ্রম্ অশুভস্য কালহরণম্ । ৭৫

অফব থবক্তি য়ারিবমথৈ থুনা পাংথোক্কদবনি অহুগা ফত্তব থবক্তি য়ারিবমথৈ মতম্ থৈথোক্লুনা থম্নগদবনি, মুহা তহানা হেক্ তৌফদে।

সহসা ন বিদধীত ক্রিয়াম্ । ৭৬

য়াথল লৈত্তানা থম্মদনা করিগুম্ব থবক্ অমত্তা তহা তাহা থক্ তৌফদে।

অল্পনামপি বস্তূনাং সংহতিঃ কার্য্যসাধিকা । ৭৭

পিক্ল-পিক্লব পোৎশিংসু পুনশিল্লবদি মহুনা অচৌব থবক পাংথোক্লে।

সঙ্ঘে শক্তিঃ কলৌযুগে । ৭৮

কলি যুগতদি একত্তাদা পাঙ্গল লৈ।

স্বধর্ম্মে নিধনং শ্রেয়ঃ, পরধর্ম্মো ভয়াবহঃ । ৭৯

ইশাগী ধর্ম্মবু থরাই থারবা ফাওবা থাদোক্লোই-রবনি। ইশাগী করিগুম্ব খুদোং চাব থরগীদমক মীগী ধর্ম্মদা চংজরুবদি য়াম্নমক অকিবগী মশক্নি।

সত্যং ব্রুয়াৎ প্রিয়ং ব্রুয়াৎ ন ব্রুয়াৎ সত্যমপ্রিয়ম্ ।
প্রিয়ঞ্চ নানৃতং ব্রুয়াৎ
এষঃ ধর্ম্মঃ সনাতনঃ । ৮০

অচুম্ব ব্রা ভাংগনবনি, মীনা তানীংব ব্রা ভাংগদবনি, চুম্দি চুম্রবস্থ মীনা তানীংলোইদব ব্রাদি ভাংফদে। অচুগা মীনা তানীংনবনি হায়চুনস্থ অরানবদি থক্ ভাংফদে—মসি মতম কুইনদগী চংনরক্রব পথাপ্নি।

হিতং মনোহারিচ দুর্লভং বচঃ। ৮১

কানস্থ কান্নরব তাবদস্থ হুংভাইস্নব ব্রাহৈদি পাক্ক ফংদে।

নাপৃষ্টঃ কস্যচিৎ ব্রুয়াৎ নচান্যায়েন পৃষ্টতঃ। ■
জাননপি হিমেধাবী জড়বৎ লোকঃ আচরেৎ।৮২

হংলদনা থক্ তাক্ফদে, লাম্না হংলরবস্থ তাক্ফদে: ফনা থঙ্ছনস্থ করিস্থ থঙক্রব অপংব মীগুম ছুমন্ন নৈথোক্কদবনি।

বিকার হেতৌ সতি বিক্রিয়ন্তে,
যেষাং চেতাংসি ত এব ধীরাঃ। ৮৩

পুক্লিং চোয়ননব মরম কয়া নৈরবদস্থ পুক্লিং ■ চোয়ক্রব মীওহচু মপুক্লিং চাননা নৈতারব মী ন-

প্রক্ষালনাৎ হি পঙ্কস্য,
দূরাৎ অস্পর্শনং বরম্। ৮৪

ৈলখোম্ হাম্‌:দোক্কদগী শরুকপুদি লাক্সিডৈদগী থৈ-দোকপা ফৈ। মিংচৎ ফৎলোইদবমক্ লৈরবদি থবক্ অত্থদা থুৎথাক্কদবনা ফৈ।

প্রয়োজনং হি আবিষ্ক্রিয়য়াঃ প্রসূতিঃ। ৮৫

কান্নবিডাই হায়বসিমক অনৌব পোত্থোক্কী অপোক-পীনি [কান্নফম্ লৈতনা অনৌব পোৎ থোক্তে]।

বরং অদ্য কপোতো ন শ্বো ময়ূরঃ। ৮৬

হয়েং রাহোং ফংবদগীদি লমথুম্ অমা ঙসি ফংবনা

প্রায়েণ সামগ্র্যবিধৌ গুণানাং,
পরাঙ্মুখী বিশ্বসৃজঃ প্রবৃত্তিঃ। ৮৭

ব্রহ্মাগী থৃৎশেমদা গুণ পুম্নমকসুনা অমত্তদা থক্ হাপ-চিন্দবগুম তৌই।

আত্মেশ্বরাণাং ন হি জাতু বিঘ্নাঃ,
সমাধি ভেদপ্রভবো ভবন্তি। ৮৮

ইন্দ্রিয়শিংবু মপুংফানা নিংথিনা থুম্ চল্লব মীওই-শিংবু মপান্থোংগী য়ৈথায়-থিনূগাইবশিংনা কৈদৌঙৈদসু রাথল চোয়হনবা ঙম্দে।

অঙ্গারঃ শতধৌতেন মলিনত্বং ন মুঞ্চতি। ৮৯

চামরক্ চামহনসু মৈতাল ঙৌদে।

উত্থায় হৃদি লীয়ন্তে দরিদ্রাণাং মনোরথাঃ। ৯০

লাইরবশিংনা নীংখৎলকৃপ রাথল 'পুম্ব থম্মোইদ অহৃম্ থুপ্ চিল্লি।

দারিদ্র্য দোষো গুণরাশিঃ নাশী। ৯১

লাইরর লাইনানা গুণ পুম্নমক লোয়না মাংহল্লি।

অতিত্য হি গুণান্ সর্ব্বান্ স্বভাবঃ মূদ্ধি বর্ত্ততে।৯২

গুণ অতৈদি পুম্লান্-লাম্বোকপ্রবস্তু স্বভাবনা মীওই-বগী কোকথক্তা লেংদনা লৈ, থক্ কায়নবা য়াদে।

বাঙ্মাধুর্য্যং নাস্তি লোকে সমস্তং,
বাক্ পারুষ্য শ্চোপকারোহপিনষ্টঃ।
কিং তৎদ্রব্যং দীয়তে কোকিলেন,
কোবা লোকে রাসভস্যাপরাধঃ? ৯৩

মুংশিরব রাঙাংগা মান্নবা থুম্বা অমা লৈতে, রাঙাং-শাঙাংনবু মফজত্রবদি— ফনা মাগী উপকার তৌরুরবস্তু মহয় লৈতে। কোকিলবু অস্তুক্ মুংশিনরিবসি মানা করি পীরকপগে? গধাবু অস্তুক্ তাথিনরিবসিনা মীওইবদা মানা করি লংজরবগে?

আপদার্থে ধনং রক্ষেৎ দারান্ রক্ষেৎ ধনৈরপি।
আত্মানং সততং রক্ষেৎ দারৈরপি ধনৈরপি।৯৪

অরা কোঙ্গায় মায়য়োক্লনবগী দমক্ শেল তুংশিনগদবনি, মুপীবু শোক্হল্লোইদবনি অতুগা ইশামকপুনা মুপীগী লাংদা

অমসুং শেলগী লাংদা তাখিদনবা মতম্ লৈবখিবিক্তা চেংকশিন্‌গদবনি।

উপায়ং চিন্তয়ন্ প্রাজ্ঞঃ
তু অপায়মপি চিন্তয়েৎ। ৯৫

লৌশিং শিংলব মীওইনা করিগুম্ব থবক অমা তৌবদা— মহু পাংথোক্লব পাম্বে অমসুং মতুদা খোক্লগদব য়েখায় থিনগায় নাকল অনিমক্ মুম্না থনগদবনি।

কর্ম্মণা বাধ্যতে বুদ্ধির্ন বুদ্ধ্যা কর্ম্মবাধ্যতে।
সুবুদ্ধিরপি যৎরামো হৈমং হরিণ মন্বগাৎ। ৯৬

মীওইবগী বুদ্ধি লৌশিংদি কর্ম্মনা পুনবনি, বুদ্ধি লৌশিংনা করিগুম্ব কর্ম্ম অমত্তবু পুল্লুদে। বুদ্ধি লৌশিং চংখোল্লব রামচন্দ্র মানা তৌনীংলকপ [নত্রগা তৌনীং-হল্লকপ] কর্ম্মনা পূনখিবনা স্নাগী শজি মতুং ইন্নখি।

চক্রবৎ পরিবর্ত্তন্তে দুঃখানিচ সুখানিচ। ৯৭
অরা ফুংঙাই'নিদি চক্রগুম্ লয়বনি।

কর্ম্মণ্যেবাধিকারস্তে মা ফলেষু কদাচন। ৯৮

থবক তৌফম থোকই তৌগদবনি, অসিতা মখল্লু, মহুগী মহয়দি থক্ থল্লুগনু। মীওইব থবক নোমজবমখৈ ঙম্মি তৌইগুম্বসুং মাগী মহয়দি মহুগী মখা পোন্দে; মরম অসিনা মাগী খুঙমদা লৈত্তব কর্ম্ম-ফল অতুগীদমক্তা করি-মত্তা লাংতক্লরুক্কদে।

ন চলতি খলু বাক্যং সজ্জনানাং কদাচিৎ। ৯৯

সজ্জনশিংনা ত্তাকপিরম্ব পাউতাক্ ৱাহৈদি কৈদৌঙৈ-দস্ন হোংদে— লেম্না মাংদে।

নিরস্ত পাদপ দেশে এরণ্ডোহপি দ্রুমায়তে।১০০

উ লৈতব লমদা কেগেনা য়ুম্বা ওই— উত্তম শীজিন্নৈ।

যাবৎ কণ্ঠগতাঃপ্রাণাঃ যাবন্নাস্তি নিরিন্দ্রিয়ম্।
তাবৎ চিকিৎসা কর্ত্তব্যা কালস্য কুটিলাগতিঃ।১০১

মীওইবগী থৱাইনা খোৱী য়োৱক্লবা ইন্দ্রিয়শিংনা পুম্মাং মাংক্রিবা ফাওবা লাইয়েংবা লেপ্পা য়াদে, মরমদি মতমগী খোংচৎ অঙকপনি! মতমগী মতুংইন্না করি থোক্লগদগে করিমত্তা খঙ নদে।

বনানি দহতো বহ্নেঃ সখা ভবতি মারুতঃ।
স এব দীপনাশায় ক্ষীণে কস্যাস্তি গৌরবম্?১০২

নুংশিংকী তেংবাংনা মৈনা বন ময়াম চাক্থেকই। মপান ফরিডৈদা অনিসি মরুপ্ ওই; অতৌবু মরাই চায়থরব থাউমৈবু নুংশিংসিমক্কা মুৎথৎলি। মরাই চায়-থরব মীতুংগীদি মরুপ্ মরুস্নু য়েক্লব ওই।

শরীরং ক্ষণবিধ্বংসি কল্পান্ত স্থায়িনো গুণাঃ।১০৩

হকচাংদি মিৎকুপ্তা মাংবনি, মতম্ কুইনা লৈহোবদি গুণশিংতনি।

আহারনিদ্রা ভয়মৈথুনঞ্চ
সামান্যমেতৎ পশুভির্নরাণাম্ ।
তত্র হি ধর্ম্মঃ মনুষ্যো বিশেষঃ
ধর্ম্মেণ হীনাঃ পশুভিঃ সমানাঃ । ১০৪

চাবা-তুম্বা অকি-অথং, অপাম-মুংশি চিল্লোক্কবা পুন্নমকসি মীওইবগা শাশিংগা ইমান মাৱৈ, মীওইব মশাদা লৈল্লিব ধর্ম্মনা শাশিংদগী তোপ্পিবনি । কনাগুম্ব ধর্ম্ম চেম্ব্রব মীশক অত্তুদি চানব শাগা পাংথকনি ।

বেদাঃ বিভিন্না স্মৃতয়ো বিভিন্নাঃ
নাসৌ মুনির্যস্য মতং ন ভিন্নং ।
ধর্ম্মস্য তত্ত্বং নিহিতং গুহায়াং
মহাজনো যেন গতঃ স পন্থা । ১০৫

বেদ মথল-মথা য়াম্মি, স্মৃতিসু ময়ামনি, মত খেন্নদব মুনি লৈতে ধর্ম্মতত্বদি লুরব গুহামুংদা য়াম্না থুপ্পা লৈ ; মরম অত্তুনা অচৌ অচৌব ফিদম্নিঙাই ওইরব সজ্জনশিংনা চংনখিব লম্বীচু খোংগুল লীত্তুনা কায়দনা চংক্কদবনি । মসিদা মীনৌনা অনৌব লম্বী শেম্ফদে ।

অহনি অহনি ভূতানি গচ্ছন্তি যমমন্দিরং ।
শেষাঃস্থিরত্বমিচ্ছন্তি কিমাচর্য্যমতঃ পরং ? ১০৬

জীব ময়াম্ন মুমিৎ থুদিংগী যমরাজগী কোম্নুংলোমদা ইত্তত্তুনা চংলিবনি, মতু উরবমক্কদা লেমহৌরিব কাংবুনা ঐথোয়দি লেংত্রবনি শিরম্নোইদবনি নীংই ; মসিদগী

হেন্না ঙক্লিঙাই করি লৈরিবগে? যুধিষ্ঠিরনা যক্ষদা হায়খি।

বহুনি স্মিতবদনানি ব্যথিত হৃদয়ং নিগূহন্তি।১০৭

মোমোন্ নোকপ মাইথোংশিংনা অৱা-লৈচিন থ থম্মোইগী মৈচাক কোক্হনবা ঙম্মি।

দিবসস্য অষ্টমে ভাগে শাকং পচতি যো নরঃ,
অনৃণী চাপ্রবাসীচ স বারিচর মোদতে। ১০৮

যুধিষ্ঠিরনা যক্ষদা হায়খি— ঈশিং চাক্তাব উরোক মীগী শেলনচিংব করিগুম্ব পোং তমস্তা তোন্দব, মীরম্বা (মীরৈবাক্তা নত্রগা মীগী ইংখোলদা) ৱানা থাংদব, নোংমগী মতুংদা তুমিদাংৱাই মতম্দা অচম্ব চিঞ্জাক – মনা মশিং চাহুনা চন্না পুক্সি লেল্লিব মীওইদু চাননা নুংঙাই-ৱবনি।

ন সন্তোষাৎ পরং সুখম্। ১০৯

পেন্থোকপদগী হেনবা নুংঙাইবা অমা লৈতে।

সর্পাঃ পিবন্তি পবনং নচ দুর্ব্বলাস্তে।
শুষ্কৈ তৃণৈঃ বনগজাঃ বলিনো ভবন্তি।
কন্দৈঃ ফলৈ র্মুনিবরাঃ চাপয়ন্তি কালং
সন্তোষ এব পুরুষস্য পরংনিধানম্। ১১০

লিলশিংনা নুংশিং চাহুনা হিংই, মপাঙ্গল শোয়দে। বনগী শামুশিংনা অকংব নাপী-শিংবী চাহনস্মু মপাঙ্গল

অতুম্ মকল্লি। লাইনীংব মুনিশিংনা পাল-মংগ্রা, হৈ-র়া হারগা মতম্ লেল্লি। পেনথোকপা হায়বসিতনা মীওইবগী অথোয়ব ললনি।

বয়মিহ পরিতুষ্টা বল্কলৈস্ত্বং দুকূলৈঃ
সম ইহ পরিতোষো নির্বিশেষো বিশেষঃ।
স হি ভবতি দরিদ্রো যস্য তৃষ্ণা বিশালা,
মনসিচ পরিতুষ্টে কোঽর্থবান্ কো দরিদ্রঃ ? ১১১

ঐখোয়না উকু-ফিতনা পেল্লি নংনা শিল্কনচিংব মমল য়াম্লব ফিজোলনা পেল্লি। মানা মানা পামজরুব মনীং শিংজরগা পেল্লে হায়নবতনি—শীজিনরুরিব ফিজোলতুমক্না নত্রগা পোংতুনা ] মীতুবু করিমত্তা থোয়গৎ-হেনগৎ-হন্বা নত্তে। ইখোলাংব ল্লাথল ( তৃষ্ণা ) অতুকী মতিক হেনগৎলিবমখৈ মীতু লাইরব শোয়দ্রবনি। পুক্লিংনবু পেল্লবদি—ইনাকখুনবা লৈতে লাইরব লৈতে—অনিমক্তা ইমান্ মাপ্লে।

ন জাতু কামঃ কামান্ উপভোগ্যেন শাম্যতি
হবিষা কৃষ্ণবর্ত্মেব ভূয় এবাভিবর্দ্ধতে
যাবৎ পৃথিব্যাং ব্রীহিঃ যবং হিরণ্যং পশব স্ত্রিয়ঃ
একস্যাপি ন পর্য্যাপ্তং
তস্মাৎ তৃষ্ণাং পরিত্যজেৎ। ১১২

মীওইবদা লৈরিব কামনা ( লৌনীং চানীংব অমসুং অপাম্-হুংশিং ) গী ল্লাথলশিংসি— মাগী মাগী হিরমশিংদু

ফংলু ফংলুরগা নেমৃথব খক্ লৈতে, অহোইনত্নম হেনগৎ লকই, অচাকপ মৈদা ঘী হৈজিল্লগা থোয়না মৈচাক ফগৎলকপগুম্বনি। পৃথিবীসিদা লৈরিব ফৌ, যব, স্না শাগিং অমস্তুং ফজরবী তুপীশিং ময়ামসিনা ইথোলাংলিব কনাগুম্ব মীওই অমথক্কী ইথোলাংবা অত্থু কোক্‌হনবা ওমদে মরম্ অসিনা ইথোলাংবা ( তৃষ্ণা ) হায়বসি থাদোক্কদবনি।

তপঃ শ্রুতশ্চ যোনিশ্চ

হি এতৎ ব্রাহ্মণ কারণম্।

তপঃ শ্রুতাভ্যাং যো হীনো

জাতি ব্রাহ্মণ এব সঃ। ১১৩

তপস্যা তৌবা, বেদ নৈনবা অমস্তুং ব্রহ্মাণ ব্রাহ্মণীনা পোকপা—অহুমসি ব্রাহ্মণগী লক্ষণশিংনি ( ব্রাহ্মণনি খঙ্‌ননব মরমশিংনি ) তৌইগুম্বস্তুং তপস্যাবু মতৌত্রব বেদবু নৈনত্রবদি—অত্থু মপোক্তনা ব্রাহ্মণনি হায়জবতনি, চানব ব্রাহ্মণদি নত্রে।

মন্ত্রে তীর্থে দ্বিজে দেবে দৈবজ্ঞে ভেষজে গুরৌ

যাদৃশী ভাবনা যস্য সিদ্ধির্ভবতি তাদৃশী। ১১৪

মন্ত্র, তীর্থ, লুগুন থাংলব বামোন, লাই, পাজী, হিদাক অমস্তুং গুরু মথোয়সিদি মী মীত্থুনা নীংজ-থাজজরুব পামজব য়াথলত্থুগী মতুংইন্না অনীংব মহয় কংই ; থাজরগা মহয় য়াল্লি থাজত্রগা য়ান্দে।

চিংননা হিংই। মতৌ অদুগুম্না পংলব লৈবাক্কী অঙম্বু (নিংথৌবু) থৌগল তৌরদুনা মনাক্তা শংদুনা হিংলিবনি হায়দুনা হিংজব শারিবদুমক মনাইশিংদুগী য়াইফবনি, বিভীষণনা রাবণগী রাজ সভাদা হায়রখি।

শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা তাকখি—

সত্যস্য বচনং সাধু ন সত্যাৎ বিদ্যতে পরম্,
তত্ত্বেনৈব সুদুর্জ্ঞেয়ং পশ্য সত্যমনুষ্ঠিতম্। ১২১
ভবেৎ সত্যমবক্তব্যম্ অনৃতং ভবেৎ
যত্রানিত্যং ভবেৎ সত্যং সত্যঞ্চাপি অনৃতং ভবেৎ

অচুম্ব ঙাংবতনা অথোয়বনি, মঙোন্দগী অহেনব অম্না লৈত্রবনি অদুগা তানফম অসি অচুম্ব ঙাংবতনা থবক পাংথোকপা য়াগদরা য়ারোইদরা? মসি লেপ্পদি লুই। মতাং অদু ওইদব পাম্বৈনবতনা অচুম্বগুম কান্নিঙাই গুণরব অমসুং অচুম্ব পাম্বৈনিঙাইমক ওইত্রবদি— অচুম্ব পাম্বৈনফত্রে, ওইদবতনা থবক পাংথোক্কনি।

বিবাহ কালে রতি সম্প্রয়োগে
প্রাণাত্যয়ে সর্ব্বধনাপহারে।
বিপ্রস্য চার্থে হি অনৃতং বদেত
পঞ্চানৃতান্যাহুরপাতকানি। ১২২

লুহোংবদা (নুপী-নুপা লোন-লৈনবগী মরীদা), নুপী-নুপা নুংশি-নুংওনবী মতাংদা, লল-থুম্নচিংব পুম্নমক মাংবা

তারবদা অমসুং বনাগুম্ব ব্রাহ্মণ অমগী উপকার তৌবদা ওইদব ঙাংবা য়াই [মিথ্যা পাম্বৈনবা য়াই] হায়রিব মতাং মতাংসিদা ওইদব ঙাংবদি পাপ লৈতে।

অবশ্যং কূজিতব্যে বা শঙ্কেরন্ বাপি অকূজতঃ।
শ্রেয়ঃ তত্রানৃতং বক্তুং
তৎ সত্যং অবিচারিতম্। ১২৩

মক্কমতুদা করিগুম্ব থবদং হায়রমদব ইয়া মযাত্রব, হাযরমত্রগ চিংনখিব তারবদি [অওইবত্রু হায়দোকপসু যাত্রবদি] ওইদব হেক্না হাযজিনগদবনি, মক্কমক্ অওইব গুম কায়রবনি। ভীষ্মন যুধিষ্ঠিরদা তাকখি।

যেচ মূঢতমা লোকে যেচ বুদ্ধেঃ পরং গতাঃ।
তে নরাঃ সুখমেধন্তে
ক্লিশ্যন্তি অন্তরিতো জনাঃ। ১২৪

সংসারসিদা পংদ পংগ্রব অমসুং শিংদ শিংগ্রব মীথল অনিসি হুংঙাইনা হিংই; মরক্কী মীওইনা য়াই।

যেচ বুদ্ধিসুখং প্রাপ্তাঃ দ্বন্দ্বাতীতা বিমৎসরাঃ
তান্নৈবার্থা নচানর্থা ব্যথয়ন্তি কদাচন। ১২৫

অপাম-পামদা, শাওনিংব-হরাওব, কল্লক-মিহৌব অসিনচিংব মীওইবগা কায়নগন্দ্রব তুমাশিং পক্ত্রবা, মথোয়সিগী লাংদগী পুমলান-লাম্মোক্লব অকব য়াথলতদা হুংঙাইজরব মীওইশিংদ অমাং-অতোং, অপাম্-পাম্দগী য়াথলনা কৈদৌঙৈদসু য়াহন্দে।

অথ যে বুদ্ধিমপ্রাপ্তা ব্যতিক্রান্তাশ্চ মূঢ়তাম্
তেঽতিবেলং প্রহৃষ্যন্তি সন্তাপমুপযান্তি চ ।১২৬

মথক্তা হায়গ্রিবসিগী মতুংদা তরু তরুব অরাংব রাখল মক্তি পোকত্রিব অতুগা য়াম্নমক্ পংশিনব ( ফকচিনব ) মতৌদি লাস্নোক্লব হায়বদি মরক্কী ওইব মীওইশিংদি— হরাওরবসু মপুংফানা হরাওজে অতুগা য়ারবসু কা-হেন্না য়াই ।

সুখংবা যদিবা দুঃখং প্রিয়ংবা যদি বাপ্রিয়ং ।
প্রাপ্তং প্রাপ্তমুপাসীত
হৃদয়েনাপরাজিতঃ । ১২৭

নুংঙাইব অয়াব, অপাম্ব-পাম্দব লাক্লীংব অমা লাক-সনু নীংহন্নব লৈতনা মাগথিরে খল্লনা পুন্নমকতু লোয়না হজম্ তৌগনি, নারদনা যুধিষ্ঠিরদা তাকখি ।

নাস্তি বিদ্যাসমং চক্ষু নাস্তি সত্য সমং তপঃ ।
নাস্তি রাগ সমং দুঃখং
নাস্তি ত্যাগ সমং সুখম্ । ১২৮

মহৈগা মান্নব লৌশিং-মিৎ অমা লৈতে, সত্যগা মান্নব তপস্যা লৈতে। বিষয় ভোগশিংদা কা-হেন্না পামশিল্লুবগা মান্নব অয়াব অমা লৈতে অতুগা ত্যাগ তৌবগা মান্নবা নুংঙাইব অমা লৈতে ।

নিত্যং ক্রোধাৎ তপো রক্ষেৎ,
শ্রিয়ং রক্ষেচ্চ মৎসরাৎ ।

বিদ্যাং মানাপমানাভ্যাং,
আত্মানং তু প্রমাদতঃ। ১২৯

লাইনীংবদা শাওনীংকদে, মীগী য়াইফ-সুংঙাই উরগা মীহৌফদে। ইকাই ইকি থাদোকতুনা বিদ্য তানগদবনি মতমলৈবখিবিক্তা পু ক্লিং-রাখল চোয়রোইদবনি।

আনৃশংস্যং পরো ধর্ম্মঃ, ক্ষমাচ পরমবলম্।
আত্মজ্ঞানং পরং জ্ঞানং,
ন সত্যাৎ বিদ্যতে পরম্। ১৩০

হিংচা-য়াইস্বগী শাজং থাদোকপসিমক্ অথোয়বা ধর্ম্মনি, ঙাকপি হৈবনা অথোয়ব পাঙ্গলনি, জ্ঞান পুম্নমক্তগী আত্মজ্ঞানতনা অথোয়বনি অদুগা সত্যদগী হেনবা অমা লৈত্রবনি

সত্যস্য বচনং শ্রেয়ঃ সত্যাদপি হিতং বদেৎ।
যৎ ভূতহিতমত্যন্তমেতৎ,
সত্যং মতো মম। ১৩১

অচুম্ব রা হায়বসিমক ঐগী রাখলদদি— মঙ্গলগী মশক্তি তৌইগুম্বসুং সত্যগা য়েংনবদা কাম্নব রানা অযুক্ অথোয়বনি অদুনা কাম্নব রা ঙাংগদবনি অদুগা ঐগী [ সনৎকুমারগী ] রাখলদদি থরাই পানব পুম্নমক্তা কাম্ন-নিঙাইমক্ ওইরিবদি সত্য হায়বসিনি।

ন হিংস্যাৎ সর্ব্বভূতানি মৈত্রায়ণগতশ্চরেৎ।

নেদং জন্ম সমাসাদ্য
বৈরং কুর্ব্বীত কেনচিৎ। ১৩২

জীব অমন্তা হিংসা তোকদে, পুন্নমক মরুপকুম থনগ-দবনি; মীওইব মপোকসি ফংলগা কনাগুম্ব অমত্তগা য়েক্লফদে।

মৃতং বা যদিবা নষ্টং যোঽতীতমনুশোচতি।
দুঃখেন লভতে দুঃখং
দ্বৌ অনর্থৌ প্রপদ্যতে। ১৩৩

কনাগুম্ব অমা শিগ্রগা, করিগুম্ব পোৎ অমা মাংপ্রগা—হৌগ্রব অতুগীদমক্তা রাক্লবা কাম্নদে; অরাবদা নৌন অরাব অমা হাপচিন্বতনি; মতুনা থুদোংথিব অতি থোক্হল্লি।

ভৈষজ্যমেতৎদুঃখস্য যদেতন্নানুচিন্তয়েৎ
চিন্ত্যমানং হি ন ব্যেতি
ভূয়শ্চাপি প্রবর্ধতে। ১৩৪

চিন্তা পোৎলুম্নদবতনা অরাব কোক্লবগী হিদাক্লি, চিন্তা পোৎলুম্নবতনা অরাবদা অরাব হাপকৎলি।

ব্যাধিভির্মথ্যমানানাং ত্যজতাং বিপুলং ধনম্।
বেদনাং নাপকর্ষন্তি যতমানাঃচিকিৎসকাঃ। ১৩৫

ব্যাধি থুংলবশিংনা (লাইয়েংব ওগ্রব লাইনা নাব্রব-

শিংনা ) শেল য়াম্না তিংবা তায়, লাইয়েংশিব মীশিংসু মায পাক্লাংহুনা ফনা কন্নদি মহোৎনৈ অহুবু অরাবদি— অরা-অনা পোৎলুম্নরিবশিংগী পুক্লিংহক্চাংগী অরাবহুদি থক্ কোক্তে।

তে চাতিনিপুণা বৈদ্যাঃ কুশলাঃ সম্ভৃতৌষধাঃ।
ব্যাধিভিঃ পরিক্লিশ্যন্তে মৃগা ব্যাধৈরিবার্দ্দিতাঃ।১৬

লাইয়েংব য়াম্না হৈরব মশিংবশিংনা মথুংমরুসু ফরব হিদাক কয়ামরাম ফনা শীজিন্নহুনসু—শাতানবগী থুংলাইনা শোক্লুব শজিগুম্না— ব্যাধিনা চাননা থুডুম চনগ্রবদা মশামকী লাইনাহু পুমফ ফহনবা ঙমদে। (শঙ্গাইনা মখোক ইত্তে)।

শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি —

অনেকচিত্ত বিভ্রান্তাঃ মোহজাল সমাবৃতাঃ।
প্রসক্তাঃ কামভোগেষু পতন্তি নরকেঽশুচৌ।১৭

ফত্ত ফত্রব রাশকশিংদা পুক্লিং চোয়রব, শুফাৎলাংদা থুরব অপাম-হুংশিনচিংবদা পুক্লিং লুপ্লব মীশিংদি মোৎলব নরকতা কুইনা লৈ।

আশাপাশশতৈর্ব্বদ্ধাঃ কামক্রোধপরায়ণাঃ
ঈহন্তে কামভোগার্থং অন্যায়েনার্থসঞ্চয়ান্।১৮

হুংঙাইগনি চাওগনি অসিনচিংব আশাশিংগী থৌরীশিংনা পুনশিল্লব অমসুং অপাম্বা, মহু ফংলকত্রগা শাও-

াংলকপা অসিনচিংব ফত্রব লমচৎতদা হৈনক্রব মীওই-শংদি মান মানা পামজ্রিবত্থ ফংননবগীদমক্ হৱাল্লুব াক্রগা মীগী পোৎ কা-হেঞ্জিন্না লোশিনবনচিংব অরানব লম্বীশিংনা শেল তানৃশিল্লি ।

ইদমদ্য ময়া লব্ধং ইদং প্রাপ্স্যে মনোরথম্ ।
ইদমস্তীদমপি মে ভবিষ্যতি পুনর্ধনম্ । ১৩৯

অরানব লম্বীশিংন শেল তানশিন্দুনা ফজরব য়ুম াাগান, হুংঙাইথোক্কান, সন্মান ফংপানি থল্লিবা মীশিংনা ঃসিাদ অসি ফংলে, হান্নসু য়াম্না ফংলবনি মতুংদসু অমুক্কস্থ ফংলকখিগনি অসুম্না ভাবনা দলাল শাহ্নুনা হুংঙাইহনতা লে ।

ধ্যায়তো বিষয়ান্ পুংসঃ সঙ্গস্তেষূপজায়তে
সঙ্গাৎ সংজায়তে কামঃ
কামাৎক্রোধোঽভিজায়তে । ১৪০

ক্রোধাৎভবতি সংমোহঃ
সংমোহাৎস্মৃতি বিভ্রমঃ
স্মৃতি ভ্রংশাৎ বুদ্ধিনাশঃ বুদ্ধিনাশাৎ প্রনশ্যতি ।১৪১

লোনীংব-চানীংব, অপাম-হুংশিনচিংব বিষয়শিংসি অসুম্ অসুম্ থল্লুবদগী মীওইবগী পুক্নিংসি হন্দোকপা ইয়া য়াদে অহোয়ননা চংশিনখি, থোয়না হেন্না হেন্না পাম-শিল্লকই মন্নামহ্ন নীংব থুংক্রগা শাওরকই, অশাওবদগী

শুক্কাৎলকই,— অফ-ফত্তা নীংশিংলক্কে— তৌব য়াবনি-য়াদবনি হায়ব রাখলস্সু মাংলকই— অসিগুম্নব মাশক অসিদি মী ওইজ্রবনি— পুম্নমক মাংলবনি।

অর্জ্জুননা হংজখি—

চঞ্চলং হি মনঃ কৃষ্ণ প্রমাথি বলবৎদৃঢ়ম্ ।
তস্যাহং নিগ্রহং মন্যে বায়োরিব সুদুষ্করম্ ।১৪২

হে কৃষ্ণ, মন হায়বসি য়াম্নমক তথক তথকই, মাহাক্না ইন্দ্রিয়শিং [ হকচাংসিবু ] য়াম্না মরাং হৌহল্লি, মপাঙ্গলস্সু য়াম্না কল্লি, চ্যেকশিল্লি ; মরম্ অসিনা মনীংতৌনা শিৎলিব হুংশিংপু চফুনচিংব পাত্রেদা ফাজিনবা ওই-থোক্তবগুম মনবু লাক্শিনবা ওইথোক্তে, অস্তুম্না ঐনা নীংজৈ।

শ্রীকৃষ্ণনা হায়খি—

উদ্ধরেৎ আত্মনাত্মানং আত্মানং অবসাদয়েৎ ।
আত্মৈব হি আত্মনো বন্ধুঃ
আত্মৈব রিপুঃ আত্মনঃ । ১৪৩

ইশানা ইশাবু চাওখৎ-পুখৎনবা হোৎনগদবনি. ইশা-মক্না ইশাবু রাননবা থক্ শিল্লোইদবনি ; মরম্দি আত্মা-সিমক্তন [ ইশামক ] ইশাগী মরুপ্নি অত্তুগা ইশামক্তনা ইশাগী য়েক্লবস্নুনি।

সর্ব্বভূতস্থমাত্মানং সর্ব্বভূতানিচাত্মনি ।

সম্পশ্যন্ আত্মযাজী বৈ
স্বরাজ্যং অধিগচ্ছতি । ১৪৪

জীব পুম্নমক্তা আত্মা লৈ অতুগা [ ঐগী ] আত্মাসিদা জীব পুম্নমক লৈরিবনি অস্পুম্না খঙলবা [ আত্মাদি অমদা লৈবগা অমদা লৈবগা অঙ্কানি—পুম্নমক্তা শিনব থুংলিবনি নাংলব] মীওইচু মশাগী চানব শককম—স্বরাজ্য খঙলবনি।

অয়ং নিজো পরোবেতি গনণা লঘুচেতসাম্ ।
উদার চরিতানান্তু বসুধৈব কুটুম্বকম্ । ১৪৫

সিনা ঐগীনি অসিনা মীগীনি, হায়বা অসি পুকচেল পিক্লব মীশিংগী ৱোনশানি । পুকচেল চাওরব মীশিংগীদি পৃথিবী পুম্নমক মাগী পরিবারনি ।

এতাবৎ জন্ম সাফল্যম্ যৎ অনায়ত্ত বৃত্তিতা ।
যে পরাধীনতাং যাতাঃ তে
চেৎ জীবন্তি কে মৃতাঃ ? ১৪৬

মীথা পোন্দনা হিংলিবচু মহয় য়াম্লব পুন্সিনি । মীথা-পোম্ন, হিংলিব মীওইবু হিংলিবনি, শীংথানরবদি, কনাবু অশিব ৱৌগনি ?

গ্রীষ্মকালে দিনং দীর্ঘং শীতকালে তু শর্ব্বরী ।
পরোপতাপিনঃ নরঃ প্রায়শঃ দীর্ঘ জীবিনঃ ।১৪৭

ওলাংথাদা ফুংথিল শাংই, নিংথম থাদনা অহিং শাংই। মীবু ওৎ-নৈগনব (ফত্রব) মীশকশিংনা পুম্সি শাংগল্লি।

ইতর পাপ শতানি যথেচ্ছয়া
বিতর, তানি সহে চতুরানন।
অরসিকেষু রসস্য নিবেদনং
শিরসি মা লিখ মা লিখ মা লিখ। ১৪৮

হে নোংদম্ব বিধি! অতৈ অতৈ পাপ (অৱাকোঙ্গায়) পীবিনীংবতা পীবিয়ু, থাংজগনি। মহৌশানা রস সুকচেল চেল্লকত্রব (রস খঙ্বা মলৈত্রব) মীশকপু রস শঙহল্লু, অসিগুম্ব থৌদাসিতদি ননাইদা থক্ পীবিগনু, পীবিগনু পীবিগনু।

বাসাংসি জীর্ণানি যথা বিহায়
নবানি গৃহ্লাতি নরোঽপরানি।
তথা শরীরাণি বিহায় জীর্ণানি
অন্যানি সংযাতি নবানি দেহী। ১৪৯

মীওইবনা অমনব ফিজোল থাদোক্লগা অনৌব ফিজোল হোংবগুম্ আত্মানা অমনব হকচাং থাদোক্লগা অনৌব হকচাং অমা হোংই।

দেহ বুদ্ধ্যাতু দাসোঽহং জীববুদ্ধ্যা ত্বদংশকঃ।
আত্মবুদ্ধ্যা ত্বমেবাহং যথেচ্ছসি তথা কুরু। ১৫০

হে ঈশ্বর, হকচাংসি নহাক্কী কৃপাতনা ফংজরিবনি, খল্লুরগা— নহাক্কী ননাইনি। জীবাত্মা (শরীর পানব খুদিংমক্তা লৈরিব য়াইখীরেল) সিমক নহাক্কী নঙালনি, নশরুক অমনি খল্লুবগা ঐহাকসি নহাক্কী (বিরাট পুরুষকী) হকচাং কায়াৎ অমনি অত্থগা আত্মাসিমক পরমাত্মা (রূপ-ব্রহ্ম) মক্তা কারিমত্তা থেন্নদবনি— জীবাত্মাতুমক পরমাত্মা-তুমক্তি অতৈ অমা নত্তে— অশুন্না খল্লগনা ঐহাকসি নহাকমক্তি, নহাক্কী লীলা লাং-ভুংদগী হৌহেন মহেন্দোকত্রব ননাইনু থাবিনীংব থবক্তা শিন্নাবিয়ু।

যথা নদী নদাঃ সর্ব্বে সাগরে যান্তি সংস্থিতিম্।
তথৈবাশ্রমিণঃ সর্ব্বে
গৃহস্থে যান্তি সংস্থিতিম্। ১৫১

তুরেল মচা-অচৌবশিংন সমুদ্রদা লোয়না চংজবগুম্না ব্রহ্মচর্যা, বানপ্রস্থ অমসুং সন্ন্যাস—আশ্রমশিংসিদা লৈরিব মীওইশিংনা গৃহস্থ আশ্রম পাম্বৈনরতুনা হিংনরি।

ন তেন বৃদ্ধো ভবতি,
যেনাস্য পলিতং শিরঃ।
যো বৈ যুবাপি আধীয়ানস্তং,
দেবাঃ স্থবিরং বিদুঃ। ১৫২

কোক্তা পোক হৌবতনা অহল ওইবা নত্তে, ফনা পাথং ওইদুনসু মহৈবু হৈয়বদি লাইমরুসু মাহাকপু অহলনি হায়না শীংথানৈ।

এতদ্দেশ প্রসূতস্য, সকাশাৎ অগ্রজন্মনঃ
স্বং স্বং চরিত্রং শিক্ষেরন্,
পৃথিব্যাং সর্ব্বমানবাঃ। ১৫৩

ভারতকুম্ব লৈবাক্তা পোকখিব আর্য্য-ঋষিশিংদগী পৃথিবীগী মীওইশিংনা মশা মশাগী ( লমজিং-মৈরা ওইন-গদব) লমচৎ—রীতি-নীতি লোয়না তম্লিভাই ইওই ওই।

গোমাংসঃ খাদকো যস্তু বিরুদ্ধং বহুভাষতে
সর্ব্বাচার বিহীনশ্চ, ম্লেচ্ছ ইত্যভিধীয়তে। ১৫৪

ষণ শা চাব, মীনা হেক্ ভাংলিবমথৈ য়েৎপদা থংবা, চৎনবী লমচৎ-ব্যবহার পুম্নমক অমত্তা য়াওদব মীওইদু ম্লেচ্ছ কৌই।

ন নামগ্রহণং কুর্য্যাৎ কৃপণস্য গুরোস্তথা।
অভিশপ্তস্য পত্ন্যাশ্চ
মাতা পিতোর্বিশেষতঃ। ১৫৫

অরিকপ মাগী, গুরুগী, অভিশাপ ফংলব— গুরু নত্রগা কনাগুম্ব মীওই অমনা ইম্বোক্রব মীশকী, অমসুং খোয়দোক্রা ইমা-ইপাগী মমিং কাঁনবা হৌনদে।

নন্দন্ত্যুদিত আদিত্যে নন্দন্ত্যস্তমিতেঽহনি।
আত্মনো নাববুধ্যন্তে মনুষ্যাঃ জীবিতক্ষয়ম্। ৫৭

নোংম নোংমগী দুমিংনা তরং তরং খোক্রকপদা অমসুং

হুমিং তাখখিবদা মীওইবনা মচু উরগা হরাওই ; হরাওবদা কাওথিবনা মীওইবশিংনা তৌরিব থৌদোকশিংসিনা ( নোংম নোংমগী ) পুন্সি ময়েং তাথ্রিবনি হায়বদি মিকপ শেংনা থোকহোত্রে ।

হৃষ্যন্তি ঋতু মুখং দৃষ্ট্বা নবং নবমিবাগতম্ ।
ঋতূনাং পরিবর্ত্তেন
প্রাণিনাং প্রাণ সংক্ষয় । ১৫৭

ঋতুগী অনৌব য়াওল হোংলকপদা মচুবু অমুক্তা কাওব। ওইখিত্রিব পুমনো নৌরব থৌদোকুম্না খঙরহুনা থরাইপানব পুন্নমক হরাওই ; হায়রিব ঋতুগী য়াওলশিংসিমক্তনা থরাইপানবশিংগী পুন্সি মাংননব মরমনি ।

সহসা বিদধীত ন ক্রিয়াম্,
অবিবেকঃ পরমাপদাং পদম্ ।
বৃণতে হি বিমৃশ্যকারিণং,
গুণলব্ধাঃ স্বয়েম সম্পদঃ । ১৫৮

চনিং তানা রাখল থম্বদনা টক্ফিং ফিংনা খুদক্তা করিগুম্ব থবক অমত্তা তৌফদে। মরমদি অসিনা তৌগদবনি অসিনা তৌরোইদবনি ( অচুম্বনি-অরানবনি ) হায়বা তপতাবা রাখল থম্বা ( অবিবেক ) হায়বসি য়াম্নমক অরাব নংনিঙাইনি। অক অক্কব গুণশিং চেন্নিব পাত্রশিংদা চংজহুনা লৈরিবী সম্পত্তি হায়বসিমক্তবু— অসিনা তৌগদবনি অসিনা তৌরোইদবনি হায়বা তপতাব রাখল থন্নিব

( বিবেক লৈরব ) মীওই অতুতদা চংজত্না লৈ (মঙোন্দা মাগী তুংনফম ওই )

অভিবর্ষতি যোহনুপালয়ন্,
বিধিবীজানি বিবেক বারিণা।
স সদা ফলশালিণীং ক্রিয়াং,
শরদং লোক ইবাধিতিষ্ঠতি। ১৫৯

মতম চানা মরূ মরাং থাকত্না থাহোরগা কুমগী নোং তারক্লবদা — শরৎ ঋতু ওইরক্লবদা তৌথ্রিব থবকশিংত্নগী মহয় চায়, হায়বদি মরুশিংত্নদগী পাম্বী হোরকই। মতৌ অতুগুম্না ঙাক-শেনব কল্লব মুপানা মশাগী তৌফম থোকপ শিন্থাগী মরীদা— অসিনা তৌগদবনি অসিনা তৌরোই-দবনি হায়ব তপতাব রাথলগী ( বিবেককী ) মশক ওইরব ঈশিং থিক্লবদি মমৈদা মাগী থবক অতু মহয় য়াম্লি।

দশ সূনাসমশ্চক্রং দশ চক্র সমোধ্বজঃ।
দশ ধ্বজসমো বেশো দশবেশ সমোনৃপঃ। ১৬০

শা য়োনব চাওরব পাপনি ; মঙোন্দা দোষ কয়ামরূ ম লৈ। মঙোন্দা লৈরিব দোষশিংত্নগী শরুক ১০ তেলী অমদা লৈ, মাগী দোষশিংত্নগী ১০ না যু য়োনবদা লৈ, মাগী দোষশিংত্নগী ১০ না বেশ্যাগী আয়না হিংলিব মী অমদা লৈ, মাগী দোষশিংত্নগী ১০ না ক্ষত্রিয় নত্তবা নিংথৌ ( লৈবাক্কী অঙম ) অমদা লৈ।

য়ারোল— শা য়োনব, তেলী, য়ু য়োনব, বেশ্যা লপোনব ( ওক্তবীগী ওক্ত-লম্বী শেম্বা ) লৈবাক্কী অণ্ডম্ব মণ্ডাসিগী কল্লব থৌদৌ— পাপ তাকপনি। মওংদি— অখোয়সি অহানবসিদগী মথং মথং ১০/১০ গী থুজিংনা চাংচৎ ওইনা হেনগৎলকতুনা শা য়োনবদগীনা অরোইবা হায়বদি লৈবাক্কী অণ্ডম্ব ফাওবদদি মাহাক্কী থবকশিংতুগী মহয়দা ১০০ দা ৫০ দি হায়বদি তঙ্খায় অমদি পাপকী শরুক ওইগদবনি।

ভীষ্মনা ধৃতরাষ্ট্রদা হায়খি—

ত্যজেৎ কুলার্থে পুরুষং গ্রামস্যার্থে কুলং ত্যজেৎ
গ্রামং জনপদস্যার্থে
আত্মার্থে পৃথিবীং ত্যজেৎ। ১৬১

মী অমা থাদোক্লগা শাগৈ'পুম্ব কলহোগদবা লৈরবদি মুপান্থ থাদোকখিগদবনি। থুঙ্গং অমা কনগদবা লৈরবদি শাগৈ'পুম্ব থাদোকপা তারবস্থু থাদোক্কদবনি। থুঙ্গং অমা থাদোক্লগা দেশ অমা কনগদবা লৈরবদি থুঙ্গংস্থু থাদোক্কদবনি। ইশাতবু কনবা য়াগদবা লৈরবদি পৃথিবী শুম্নক্ ফাওবা থাদোক্কদবনি।

অদর্শনাৎ আপতিতাঃ, পুনশ্চাদর্শনংগতাঃ।
ন তে তব ন তেষাং,
ত্বং তত্র কা পরিদেবনা? ১৬২

মীওইবা থঙদ-উদব মফমদগী লাকপনি, অমুকস্থু মফুদা হনখিগদবনি। অস্থুম্না লাকফম-হনখিফম থঙনত্রব

ময়ামসি— কনাগীস্থ কনা নত্তে, নহাকস্থ মথোয়গী নত্তে, অতুনা মসিদা য়ানিঙাই করি লৈবগে ? [বিত্তরনা ধৃতরাষ্ট্রদা হায়খি ]।

অমুকস্থ অস্থুমা হায়খি—

ন কালস্য প্রিয়ঃ কশ্চিন্ন, দ্বেষ্যঃ কুরুসত্তম
ন মধ্যস্থ কচিৎ কলো,
সর্ব্বং কালঃ প্রকর্ষতি। ১৬৩

কুরু শাগৈগী অথোয়ব হে ধৃতরাষ্ট্র! মতমগা (নত্রগা যমরাজগা) কনামত্তগা চান্নবা নত্রগা য়েংখিনবা লৈতে। মত্তমনা কনাগুম্ব অমত্তগী মফমদা থৌশা-রাশাক্লদবস্থ (নত্রগা করিগুম্ব হিরম অমগী ময়ায় লেপপুবস্থ) লৈতে। মাহাক্না পুম্নমকপু মাগী মাগী মিয়াৎ শুরক্লবদা লোয়না চিংশিনখ্রিবনি।

যথা ফলানাং পক্কানাং, নান্যত্র পতনাৎ ভয়ম।
এবং নরস্য জাতস্য,
নান্যত্র মরণাৎ ভয়ম। ১৬৪

মুল্লব উহৈনা লৈমায়থক্তা কেনবা হৌনশানি। পোকপ মাইরিব মীওই মপোক্তি লেপ্পমক শিবা তায়— মসিদা কিনিঙাই ( ঙক্কিঙাই ) লৈত্তে।

অহোরাত্রাণি গচ্ছন্তি, সর্ব্বেষাং প্রাণিনাং ইহ
আয়ূংষি ক্ষপয়ন্ত্যাশু,
গ্রীষ্মে জলমিবাংশবঃ। ১৬৫

ওল্লাংথাদা হুমিংকী মৈশানা ঈশিং য়াম্না ময়েং তাহল্লি মতৌ অহুগুম্না নোংম নোংমগী হৌগ্রিবা অহিং-হুংথিলশিংসিনা থন্নাইপানুব পুন্নমকী পুন্সি ময়েং তাহল্লি।

নিন্দন্তি উদিত আদিত্যে,
নিন্দন্তি অস্তমিতেঽহনি।
আত্মনো নাববুধ্যন্তে,
মনুষ্যাঃ জীবিত ক্ষয়ম্। ১৬৬

নোংম নোংমগী হুমিংনা তন্নং তন্নং থোরকপা অমসুং হুমিদাংন্নাই তাথিবত্ উবগা মীওইবনা হন্নাওই। অসুম্না হন্নাওরিবৈঙেদা নোংম নোংমগী পুন্সি লে য়শিনগ্রিবনি হায়বা কনানম্না খঙহৌদে।

শ্রীরামনা হায়থি—

যস্মিনস্তু সর্ব্বে স্যুরসনিবিষ্টা
ধর্ম্মো যতঃ স্যাৎ তদুপক্রমেত।
দ্বেষ্যো ভবতি অর্থপরো হি লোকে
কামাত্মতা খল্বপি ন প্রশস্তা। ১৬৭

ধর্ম্ম-অর্থ-কাম মোক্ষ-পুরুষার্থ মরিসিমক তুনা ন্নাও-দব থবক অহুদি কৈদৌঙৈদহু তৌন্নোইদবনি। ধর্ম্ম য়াওব থবক অহুদি তৌগদবনি। শুপ্নগী শেলতা কংনিঙাই ওইব থবক অহুগা ধর্ম্মগা য়েংথিনরব— কাম (অপাম-হুংশি) তগী ওইব থবক অহুসু অকব নত্তে; তৌন্নোইদবনি।

গুরুশ্চ রাজাচ পিতাচ বৃদ্ধঃ
ক্রোধাৎ প্রহর্ষাৎ অথবা কামাৎ
যৎ ব্যাদিশেৎ কার্য্যমবেক্ষ্য ধর্ম্মং
কস্তং ন কুর্য্যাৎ অনৃশংস বৃত্তিঃ। ১৬৮

মহারাজ দশরথ ঐখোয়গী গুরুনি, নিংথৌনি অমসুং অপোকপনি. অসিদসু নত্তনা মাহাকসি পুজা তৌনফম ওইরব অহল অমশুনি। মাহাক্না শাওত্তুন, হরাওত্তুনা নত্রগা করিগুম্ব অপাম্ব অমগী মথাপোন্দুনা— ঐখোয়দা করিগুম্ব অমা পীরক্পদা মত্ত ঐখোয়গী ধর্ম্মমক্কি নীংত্তুনা ঐখোয়না কায়দনা পাংথোক্কদবনি।

যথা ব্যালগলস্থোঽপি ভেকোদংশানপেক্ষতে।
তথা কালাহিনা গ্রস্তো
লোকো ভোগানশাশ্বতান্। ১৬৯

লিলগী ময়াদা তারব হঙোইত্তুমকসু মমাংদা পাইরিব কাঙশিংত্থ চানীংলত্থনা কোম্বয়েং য়েংই। মতম্গী মশক ওইরিব লিলনা লাক্লবদসু (থুত্থম চল্লবদসু) বিষয় ভোগ তৌনীংলব মীওইবনা-ঙাইহাক-ঙাইহাক্কগী ওইরিব অন্না-সুংঙাইশিংবু পামজরত্থনা কোয়থি থিত্থনা লৈ।

করোতি দুঃখেন হি কর্ম্মতন্ত্রং
শরীর ভোগার্থমহর্নিশং নরঃ
দেহস্তু ভিন্নঃ পুরুষাৎ সমীক্ষতে
কোঽত্র ভোগঃ পুরুষেণ ভুজ্যতে? ১৭০

হকচাংসি পেলহম্নবগীদমক্তা মীওইবনা অহিংস্নুংথিল নাইদনা কয়াদ য়ানা মথল-মথা অয়াম্ব থবক নোম্লিবনো অঙকপনি! অওইবমক্তি হকচাংসিদি আত্মা নত্তে মঙোন্দগী তোঙানবনি; মরম অদুনা হকচাংসিতনা বিষয় ভোগ তৌরিবদো— আত্মানা করিবু শরুক য়ারুগদগে? মাদি মঙোন্দগী তোংঙানবনিনা হকচাংনা তৌরিব ভোগশিংদু আত্মানা করিমত্তা ফংলুবা. শোকলুবা নৈতে।

পিতৃ-মাতৃ সুত ভ্রাতৃদার বন্ধাদিসংগমঃ।
প্রপায়ামিব জন্তূনাং নদ্যাং কাষ্ঠৌঘবচ্চলঃ।১৭১

ইপা-ইমা, ইচা, ইনিল-ইনাও, মুপী অমসুং মরুপ মপাংশিং তিন্নরিবসি ঈশিং থক্ফমদা মীয়াম (জীব ময়াম) ঙাইহাক তিন্নবগুম্বনি নত্রগা তুরেল ঈচেলদা তাওথরকপ কাইশীংগুম তয়াং-তশোয়বনি ঙাইহাক তিন্নরগা কায়নব ঙাক্কনি।

দেহে পঞ্চত্বমাপন্নে ত্যক্ত্বৈকং কাষ্ঠ লোষ্ট্রবৎ।
বান্ধবা বিমুখা যান্তি ধর্ম্মো যান্তমনুব্রজেৎ।১৭২

শিরব হকচাংদুশীং অমসুং নৈতুমগুম লংথোক্লগা মরুপ-মপাংশিংদু মমায় ওন্দুনা চৎনথি, কনামত্তা মতুং ইন্নথিদে। পরলোক তান্না চৎলিব জীবদুগী মতুংদি মাগী ধর্ম্মতনা মইনৃথি।

মৃতানাং বান্ধবা যেতু মুঞ্চন্ত্যশ্রূণি ভূতলে।
পিবন্ত্যশ্রূণি তান্যদ্ধা
মৃতাঃ প্রেতাঃ পরত্রবৈ। ১৭৩

শিগ্রব জীবশিংগীদমক্তা মাগী মরুপ-মপাং (মরী মতা) শিংনা পৃথ্বীথক্তা পি-য়াম শিস্থরহ্না কপ্লিবহ্— প্রেতশিংহ্না পি-শিংহ্ পরলোক্তা থকৃই (শিগ্রবশিংগীদমক কপ্লিবসি মখোয়গী থৱাঙ্গশিংহ্না য়াম্না ৱাই )।

সর্ব্বষামেব পাপানাং নিষ্কৃতিঃ প্রোচ্যতে দ্বিজৈঃ।
পিত্রোরভক্তস্য পুনর্নিষ্কৃতিনৈব বিদ্যতে। ১৭৪

ব্রাহ্মণশিংনা অতৈ অতৈ পাপশিংগীদি কোকথোকচামথোক্নব পাস্বৈ (প্রায়শ্চিত্ত) হৈতাক তাকই অদুগা মপা মমাবু হৈনীং মনীংত্রব (মখোয়না ইয়া ময়াক্তব মীত্নগীদি করিগুম্ব কোকথোক চামথোক্নব পাস্বৈ (প্রায়শ্চিত্ত) অমত্তা লৈতে, মাবু কম্নিঙাই পাস্বৈ অমা লৈতে।

অজ্ঞাত বিহিতে পাপে নাস্তি বীরেন্দ্র কল্মষম্।
শাস্ত্রেষুক্তমিদং বাক্যং নান্যথা কর্ত্তুমর্হসি। ১৭৫

থঙদনা তৌরুব পাপকী করিগুম্ব দোষ অমত্তা লৈতে মসি শাস্ত্রশিংদা তাকতুনা লৈরবনি, অসি নত্তুনা অতৈদি য়াদে।

কুক্ষৌ ধারণাৎ ধাত্রী জননাৎ জননী তথা।
অঙ্গানাং বর্দ্ধনাৎ অম্বা বীরসূত্বেন বীরসূ
শিশোঃ শুশ্রূষণাৎ শক্তিঃ
মাতা স্যাৎ মাননাৎচ সা। ১৭৬

মচাবু পুক্তা নাওপুবদগী মমাবু ধাত্রী ( য়োকচবী ) কৌই, পোকপিবগীদমক জননী ( অপোকপী ) কৌই, খোয়চিংব মপাগী শরুক কয়ানা মচা য়োকখৎলি হায়বদগী মনাবু অম্বা ( হকচাং য়োক্খৎপী ) কৌই, অকল অথৌ পোকপীনি হায়বদগী মমাবু বীরসূ ( অকনব পোকপী ) কৌই, মচাবু সেবা তৌবিবদগী মমাবু শক্তি ( সেবা ঙম্বী ) কৌই অদুগা মাহাকপু মতম লৈবখিবিক্তা ইকাইখুম্নবদগী মাতা ( পূজ্জা তৌনফম ওইবী ) অসুম্নসু কৌনৈ।

পিতা স্বর্গঃপিতা ধর্ম্মঃ, পিতা হি পরমং তপঃ।
পিতরি প্রীতিমাপন্নে,
সর্ব্বাঃ প্রীণন্তি দেবতাঃ। ১৭৬

ইপানা স্বর্গনি, ইপানা ধর্ম্মনি, ইপাতনা থ্বাইমক্তগী অথোয়ব লাইনীংনি। ইপানা পেনবিরবতদা লাইয়াম্না পেল্লি।

নাস্তি মাত্রা সমং তীর্থং,
নাস্তি মাত্রা সমা গতিঃ
নাস্তি মাত্রা সমং ত্রাণং,
নাস্তি মাত্রা সমা প্রপা। ১৭৭

ইমাগা মান্নব তীর্থ অমা লৈতে, ইমাগা মান্নব পাদ্বে অমা লৈতে, ইমাগা মান্নবা ঙাকপি-শেনবী হৈব অমা লৈতে অদুগা ইমাগা মান্নরব অমৃত থককম লৈতে।

একোঽপি ব্রহ্মহা যত্র রাষ্ট্রে নিবসতি নির্ভয়ঃ।
অকালমরণং তত্র সাধুনামুপজায়তে। ১৭৮

লৈবাক অহুদা ব্রাহ্মণ হাংপ মী অমত্তংবু নিঙাইদনা লৈরবদি লম অহুদা লৈরিব সাধুশিং মতম চাদ চাদনা শি।

রাজা পাপযুতো যস্মিন্,
রাষ্ট্রে নিবসতি তত্র বৈ।
দুর্ভিক্ষং চৈব মরণং তথৈবোপদ্রবাঃ দ্বিজাঃ ।১৭৯

হে ব্রাহ্মণশা, লৈবাক অহুদা পাপ চেন্নব (ওকত্রব) মীনা (নিংথৌনা) লৈবাক রাযেন লৌদা তৌরবদি চাক ত্তাংবা, মীশি মানা তোয়বা অমসুং অতে অতৈ উপদ্রব কয়ামরাম হতত্তুত্তনা থোকহ্, প্রজা রাই।

ভবন্তি বহবোহনর্থাঃ, প্রজানাং নাশহেতবে।
তস্মাৎ রাজ্ঞা প্রকর্ত্তব্যো, ধর্ম্মশ্রদ্ধা পরেণ হি
তথা প্রকৃতযো রাজ্ঞ, শুচিত্বেন প্রতিষ্ঠিতাঃ।১৮০

মথক্না হাযখিবগুম্না পাপ লংশিন্নব মীশক্না (নিংথৌনা) লৈবাক ঙাক্লিব প্রজাশিংঙু মাংহন্নব কত্রব থৌথোক কযামক্না লম অহুদা থোকই, মরম অহুনা নিংথৌনা য়াম্না চেৎনা থাজবগা লোয়ননা ধর্ম্ম ঙাক্কদবনি। মানা য়ামশেংনা লৈবাক ঙাক্লবহদা লম অহু য়াম্না পুক্নিং শেংনা চিংনব অনত্তা লতনা মরাচেৎনা পাল্লি।

রজসাভিপ্লুতাং নারীং নরস্য হ্যপগচ্ছতঃ।
প্রজ্ঞা তেজো বলং চক্ষুরায়ুশ্চৈব প্রহীয়তে।১৮১

মীয়ক চংবা তুমিং থা উবা য়া ত্রবী তুপীগা অপামসুংশি চিন্নোক্লরব তুপাদি বুদ্ধি লৌশিং, মঙাল হকচাং

ময়োল) পাঙল মিংকী শক্তি অমসুং পুন্সি তোলোয়ব পুন্নমক মাংই।

তাং বিবর্জ্জয়তস্তস্য রজসা সমভিপ্লুতাম্।
প্রজ্ঞা তেজো বলং চক্ষুরায়ুশ্চৈব প্রবদ্ধতে।১৮২

মীরক চংব তুমিং থা উবা য়াত্রিবী তুপীগা কৈদৌউৈ-দসু অপাম-তুংশি চিন্নোক্তরুদব তুপাহুগীদি বুদ্ধি-লৌশিং, মচু লা (শকাং মলোল) পাঙল, মিংকী শক্তি অমসুং পুন্সি তোলোয়ব পুন্নমক হেনগংলি।

মমালয়না ঋষিশিংদা হায়খি—

বরায়ানন্নুরূপায় পিতা, কন্যাং দদাতি চেৎ
কামান্মোহাৎ ভয়াৎ লোভাৎ
স নষ্টো নরকং ব্রজেৎ। ১৮৩

নিঙোল পোকপ মপানা করিগুম্ব অপাম্ব অমনা শুঙ্গাৎখিবনা নত্রগা মীতৌচাওবনা কনাগুম্ব মতিকচাত্রব বর অমদা মচানুপী থাজরবদি মাহাক শিরগা নরক তায়।

গৃহে দদাতি স্বসুতাং রাজ্যসম্পত্তিশালিনে।
কন্যকাং দুঃখিনে দত্ত্বা
কন্যাঘাতী ভবেৎ পিতা। ১৮৪

য়ুম্বানব মীনা— লৈবাক্তী লুচিংব নত্রগা লৈবাক নিংথৌগী ওইব থবক তৌব মীওইদা নত্রগা মরল মথুম

সম্পত্তি য়াম্না লৈব মীওইদা মচান্নুপী থাজনৈ— থাজফম্ থোকই ; মরমদি— কনাগুম্ব য়াম্না তোল্লব নংদ নংলব মীওইদা মচান্নুপী থাজরবদি মপাহ্নু মচান্নুপী হাৎপগা পাংথক্নি ।

ব্রাহ্মণী অমনা লুহোংলবী পার্ব্বতীদা তাকখি—

সা ধন্যা জননী লোকে, স ধন্যো জনকঃ পিতা ।
ধন্যঃ সচ পতির্যস্য গৃহে দেবী পতিব্রতা
পিতৃবংশ্যাঃ মাতৃবংশ্যাঃ পতিবংশ্যাস্ত্রয়স্ত্রয়ঃ ।
পতিব্রতায়াঃ পুণ্যেনে
স্বর্গে সৌখ্যানি ভুঞ্জতে । ১৮৫

লমচৎ ফজরবী সতী পোকপী মমা মপাদি মপুন্সি মহুয় যাল্লি অংগা সতীনা লৈতেং ওইবিব যুম অমস্তুং মপুরোইবতুগী পুন্সিদস্ু লেপ্পমক মহয য়াল্লবনি । সতী অমগী পুণ্য-ফলনা মপা মমাগী শাগৈ নাত্তোংশিং অমস্তুং মপুরোইবগী মরী মতা মীরোলশিং মপুন্সি লোয়রবদা স্বর্গদা নুংঙাইনা লৈ ।

তীর্থাথিনী তু যা নারী পতি পাদোদকং পিবেৎ ।
তস্মিন্ সর্ব্বাণি তীর্থানি
ক্ষেত্রানিচ ন সংশয়ঃ । ১৮৬

নুপীনা তীর্থ চৎতুনা পুণ্য তানশিন্নীংলবদি— মাহাক মপুরোইবগী চরণামৃত থক্কদবনি, মতুতদস্তু তীর্থ চৎপগী মহুয় ফংলিবনি । মরমদি নুপীগীদি— মপুরোইবগী মখোং

সেবা তৌবা অমদি চরণামৃত থক্পতনা তীর্থশিং অমসুং অশেংব মফম পুম্নমক্কুণীসু পুম্হেন ফেল্লবনি।

ভর্ত্তা দেবো গুরুর্ভর্ত্তা ধর্ম্মতীর্থ ব্রতানিচ।
তস্মাৎ সর্ব্বং পরিত্যজ্য
পতিমেকং সমর্চ্চয়েৎ। ১৮৭

নুপীগীদি মপুরোইবতনা লাইনি, গুরুনি, ধর্ম্মনি, তীর্থনি, ব্রতনি ; মরম অসিনা সতী ওইবী নুপীনা পুম্নমক থাদোক্লগা মপুরোইবতবু লুনা তৌগদবনি — নীংজগদবনি।

সেবতে যা পতিং প্রেম্‌ণা,
পরমেশ্বরবৎ শিবে।
ইহ ভুক্ত্বাখিলান্ ভোগান্,
অন্তে পত্যা শিবাং গতিম্। ১৮৮

হে পার্ব্বতী, মপুরোইববু পরমেশ্বরমক্কুম্না নীংজরহুনা য়াম্না নুংশিনা সেবা তৌজরিবী সতীত্ব হিংলিঙৈদা মপুরোইবগা লোয়নননা ফংনিঙাই নুংঙাইব পুম্নমক শুনা ফংলগা শিরবদা অমাং-অতা লৈত্রব য়াইফ থুভম (কল্যাণ) ফংই।

ভার্য্যামূলং গৃহস্থস্য ভার্য্যা মূলং সুখস্যচ।
ভার্য্যা ধর্ম্মফলাবাপ্ত্যৈ,
ভার্য্যা সন্তানবৃদ্ধয়ে। ১৮৯

যুম্বানবগীদি নুপীতনা মরু ওইবনি, মাহাক্তনা মুংঙাইব খিবিক্কী মরুনি ধর্ম্ম পুন্নমক্কী মহয় য়ান্নিঙাই পাম্বেস্ন নুপী-তনি অচুগা মচা-মশু ধারা পাম্নব মরু ওইব মরমস্ন নুপীতনি ।

তারঃ পতিঃ শ্রুতির্নারী,
ক্ষমা সাচ স্বয়ং তপঃ ।
ফলং পতিঃ সৎক্রিয়া সা,
ধন্যৌ তৌ দম্পতী শিবে । ১৯০

সতী নুপীগা লমচৎ ফজরবা নুপাগা পাল্লিব য়ুম্বানদি মপুরোইবনা ওঁ কারনি, নুপীনা শাচা-বেদনি, মপুরোইবনা তপস্যান, নুপীনা মচুগী অযব মহয়নি, নুপীনা ভাকপিরৈব গুণ ক্ষমানি— নুপানা মচুগী পুণ্য ফলনি। মরম অনিকা হে পার্ব্বতী, সতী নুপী অমস্নং লমচৎ ফজরব নুপাগা য়ুম্বানবদি মহয় য়াল্লব য়ুম্বাননি ধন্যনি। [কায়নব্ব লৈত্রেব পোৎশিংসিগুম্না লমচৎ ফজরব নুপা-নুপীদি কায়-নব লৈত্রেবনি, অমস্নং মহয় য়াল্লবনি ]।

ঘুশ্মানা মহাদেবদা হায়খি—

অপকারেষু যশ্চৈব হ্যপকারং করোতি বৈ ।
তস্য দর্শন মাত্রেণ পাপং দূরতরং ব্রজেৎ । ১৯১

মীগী মাংননবতা তৌরিব মীচুগী ফননবতা তৌবিরিব ফত্তবগী পাঙথুম অফবতনা পীরিব পুণ্য চেল্লব মীওইদুগী দর্শন তৌজবতনা মীওইবদা লৈব পাপ পুন্নমক কোকই ।

মহাদেবনা লাইয়ামদা হায়খি—

ব্রহ্মঘ্নেচ সুরাপেচ, স্তেনে ভগ্নব্রতে তথা।
নিষ্কৃতির্বিহিতা সদ্ভিঃ,
কৃতঘ্নে নাস্তি নিষ্কৃতিঃ। ১৯২

ব্রাহ্মণ হাৎপা, যু থকপা, হুরানবা অমসুং ব্রত কায়রব মীওই পুম্নমকসিগী প্রায়শ্চিত্ত (কে কথোক-চামথোক্লব) তৌনবব নিয়ম কয়ামরাম অফব মীওইশিংনা শেম্মিরম্মি; থৌইগুম্বসুং তৌবিমল খুঙদ্রব মীশক্কী পাপতুগীদি প্রায়-শ্চিত্ত তৌননব পাম্বৈ অমত্তা লৈতে।

নাশ্নীয়াৎ ভার্য্যয়া সার্দ্ধং নৈনমীক্ষেত চাশ্নীতম্।
ক্ষুবতীং জৃম্ভমাণাং বা
ন চাসীনাং যথাসুখম্। ১৯৩

নুপীগা লোয়ননা পাত্র অমত্তুদা করিগুম্ব পোৎ অমত্তা চামিন্নবা হৌনদে; নুপীনা করিগুম্ব পোৎ অমা চারিঙৈদা, হাকথি খল্লিঙৈদা, হাকাম চল্লিঙৈদা নত্রগা করিমত্তা চোৎকশিন্দনা ইকোম-কোমথোক্না নুংঙাইনা ফমহুনা লৈরিঙৈদা মাহাকপু [পুংয়ান] খক্ য়েংফদে।

নাঞ্জয়ন্তী স্বকে নেত্রে, নচাভ্যক্তামনাবৃতাম্।
ন পশ্যেৎ প্রসবন্তীংচ,
তেজস্কামো দ্বিজোত্তমঃ। ১৯৪

নুপীনা মমিত্তা কাজল থারিঙৈদা, থাউনচিংব লৈ-তেংগী পোৎলমশিংনা মশাহু লৈতেংজব হোৎনরিঙৈদা,

মশাদা ক্ষি থোংদনা ইকোম্‌-কোম্না লৈরিবঙৈদা নম্রগা মচা পোক্লিবঙৈদা মশাগী মতিক-মঙাল পান্নব কনাগুম্ব মীওইনা [ ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়-বৈশ্যনা ] মুপী থক য়েংফদে।

আচারাৎ লভতে হি
আয়ুরাচারাৎ ঈপ্সিতাঃ প্রজাঃ
আচারাৎ ধনমক্ষয্যং
আচারো হন্তি অলক্ষণম্‌। ১৯৫

ফজরব লমচৎ— সদাচার কায়দনা চংলিব মীদি—শাংলব পুন্সি, মচা-মশু শুথাংশিং অমসুং ময়েং তার-ব্রোইদব লল ফংই অদুগা মশাদা পকপ অমঙ্গলগী থুদম ফাওবা মাংখি।

দুরাচারো হি পুরুষো, লোকে ভবতি নিন্দিতঃ
দুঃখভাগীচ সততং, ব্যাধিত্যোঽল্পায়ুরেবচ। ১৯৬

ফজরব লমচৎ— সদাচারবু ইয়াও ময়াওদ্রব মীদি সংসারসিদা য়াম্না নিন্দা তৌনৈ, মাহাক ইতত্তনা অন্নাব নংই ; পুন্সি মমৈদনা লাইনা কয়ামরম্না মাবু থুদুম চনখিদুনা মপুন্সি য়াম্না ককৃশিল্লি।

সর্ব্বলক্ষণ হীনোঽপি, য সদাচারবান্‌ নরঃ
শ্রদ্ধধানোঽনসূয়শ্চ,
শতং বর্ষাণি জীবতি। ১৯৭

ফজরব লমচৎ— সদাচার কায়দনা চৎলিব, বেদ থাজরিব অমসুং মীগী ফত্তব মীরা ভাংদব মীওইদি— পুক্নিং হকচাং অনিমক্কী অফ-অফব খুদমশিং ইয়াও য়াও-ত্রবস্নু চহি চামা চুপ্না পুন্সি।

যৎযৎ পরবশং কর্ম্ম, তৎ তৎ যত্নেন বর্জ্জয়েৎ।
যৎ যৎ আত্মবশন্তু স্যাৎ,
তৎ তৎ সেবেত যত্নতঃ। ১৯৮

মীভোন্দা হায়জ-চৎচরগা ( চীরোল তৌরগা ) পাং-থোক্কদব থবকশিংদু তৌরোইদবনি। ইশামক্কা পাংথোক-চব য়াব থবকশিংদু পাংথোক্কদবনি।

সর্ব্বং পরবশং দুঃখং, সর্ব্বং আত্মবশং সুখং।
এতৎ বিদ্যাৎ সমাসেন,
লক্ষণম্ সুখদুঃখয়োঃ। ১৯৯

মীথাপোনব থবক-ইনথাং য়াইহিপ-চাকচা পুন্নমক অব্রাবনি, ইনীং-ইখা ঙমজবতনা হুংঙাইবনি। অব্রা-হুংঙাই'নগী শন্নপ্ন মওংদি অসিনি।

জ্ঞানং তপোঽগ্নিরাহারো,
মৃন্মনো বায়ুর্‌্যপাঞ্জনম্।
বায়ুঃ কর্ম্মার্ককালৌচ,
শুদ্ধেঃ কর্ত্তৃণি দেহিনাম্। ২০০

ব্রহ্মজ্ঞান, তপস্যা, মৈ, ঘী য়াওরব চিঞ্জাক, লৈপাক, ঈশিং, পুক্নিংনা থাজব-য়ারব হিরম্, হুংশিং, ষণ-

থিনা রাই তৈথোকপা, পুণ্যগী ওইব থবক্ তৌবা অমসুং হুশিং মশক্ উবা মতম মথোয়সি মীওইবগী পুক্রিং-হকচাং শেংনবগী মরুওইব পান্নৈশিংনি।

সর্ব্বেষামেব শৌচানাং অর্থশৌচং পরং স্মৃতম্ ।
যোঽর্থে শুচির্হি স শুচি র্ন
মৃদ্বারিশুচিঃ শুচিঃ । ২০১

মথক্তা হায়গ্রিব পুক্রিং-হকচাং শেংলনব মরমশিংসু-মক্তগীদমক্ত অশেংব শেংলনা হায়বাদ মীগী মপল লাপ্না থক লৌশিল্লুদবনা থ্বাইনওগী অথোয়ব অশেংবনি। অমাংব শেল থক শোবল্লুবনা চানব অশেংবনি, লৈপাক-ঈশিংনচিংবনা হকচাং শেংদোকপ মাকিবদুদি চানব নত্তে, শাশিল্লবনি। অসুপ্না ভগবান্‌নচিংবনা তাব্রশি।

ক্ষান্ত্যা শুধ্যন্তি বিদ্বাংসো,
দানেনাকার্য্যকারিণঃ ।
প্রচ্ছন্নপাপা জপ্যেন, তপসাবেদবিত্তমাঃ । ২০২

পণ্ডিতশিংনা-মতোম্দা লংজররিবত্থ ডাকপিবতনা শেংই (ডাকপিহৈবনা মথোয়গী অথোয়ব গুণনি)। কনাগুম্বনা তৌহৈদব থবক তৌরুরগা দান তৌরগা পাপতু কোকই। লোন্না থুপ্না পাপকী থবক তৌরুরগা [মশানা নীংজরিব লাইহুগী] নাম জপ তৌরগা শেংই। বেদ হৈরব ব্রাহ্মণ শিংগীনা তপস্যা তৌরগা লংশিল্লুব পাপ পুম্নমক কোকই।

স্বত্তোয়ৈঃ শুদ্ধ্যতে শোধ্যং, নদী বেগেন শুদ্ধ্যতি
রজসা স্ত্রী মনোদুষ্টা,
সন্ন্যাসেন দ্বিজোত্তমঃ। ২০৩

লৈপাক-ঈশিংনা অমোং-অকায় কয়ামরক্কম শেংই। তুরেলদি ঈচেলনা শেংই। তুপীশিংনা মপুক্কিং মাংলুবগা থাগী ঋতুনা শেংই। ব্রাহ্মণশিংনা সন্ন্যাস লৌতুনা ব্রহ্ম-চিন্তা তৌরগা শেংই

অদ্ভির্গাত্রাণি শুধ্যন্তি, মনঃ সত্যেন শুধ্যতি
বিদ্যাতপোভ্যাং ভূতাত্মা,
বুদ্ধির্জ্ঞানেন শুধ্যতি। ২০৪

হকচাংদি ঈশিংনা শেংদোকই। থলৈদব রাথল থল্লুতুনা পুক্কিং মরুবদা অচুম্ব বাংনা মত্ত শেংদোকই। রাথল পরাং ইচুম চুমত্রব পংলব মাওইদি— মহৈ অমদি তপস্যা অনিনা শেংই। রাথল-পরাং ফিরেপ তারবতুগীনা ঈশ্বরগী তত্ত্বজ্ঞানতনা শেংই।

অতিবাদাংস্তিতিক্ষেত, নাবমন্যেত কথঞ্চন।
ন চেমং দেহমাশ্রিত্য,
বৈরং কুর্ব্বীত কেনচিৎ। ২০৫

কনাগুম্বনা অয়াকপ ব্রা হায়রক্লগা— অয়াকপনা পাউথুম পীরোইদবনি— থাংতুনা লৈগদবনি। মিৎকুপ্তা মাংথিগদব হকচাংসি পাইবনরগা কনামত্তগা য়েংথিনরুবা হৌনদে।

কালেঽদাতা পিতা বাচ্যো,
বাচ্যশ্চানুযন্ পতিঃ ।
মৃতে ভর্ত্তরি পুত্রস্তু,
বাচ্যো মাতুররক্ষিতাঃ । ২০৬

থাজ-য়েঞ্জব য়াব মতমদা মচানুপী থাজহৌত্রবদি মপাত্ত মীয়াম্না নিন্দা তৌনৈ। ঋতু মতম চানা নুপীবু য়েংবিত্রবদি— মপুরোইবত্তু নিন্দা তৌনৈ। মমা লুখ্রাবীবু নিংথিনা ঙাক শেন্দ্রবদি মচানুপাত্ত মীয়াম্না নিন্দা তৌনৈ।

পতির্ভার্য্যাং সংপ্রবিশ্য, গর্ভো ভূত্বেহ জায়তে ।
জায়ায়াস্তদ্ধি জায়াত্বং, যদস্যাং জায়তে পুনঃ ।২০৭

মপুরোইবনা মাগী নুপীদা— অপাম-ঙুংশি থুদোল তমথ্রগা নুপীতুগী খোইজীথাদা মিচুল চল্লি, অদুগা তাইবং মিকপ থোক্লিবনি ; মরম অসিদগী নুপীবু জায়া হায়বদি মপুরোইবনা নৌনা শায়োনবগুম অমুক পোক্লিবী অমুম্না খঙনরিবনি ।

যাদৃগ্ গুণেন ভর্ত্রা, স্ত্রী সংযুজ্যতে যথাবিধি ।
তাদৃগ্গুণা সা ভবতি, সমুদ্রেণৈব নিমগ্না । ২০৮

নুপীনা অফব ওইরবসু ফত্তবব ওইরবসু মপুরোইবা ওইরুরিব নুপাতুগী গুণত্ত মঙোন্দা শোয়দনা চেল্লি। খুদম ওইনা— ঈশিং হাওরবী তুরেলচু সমুদ্রগা তিন্নখিবদা খুমহি-মহাও ওনখি ।

প্রোষিতা ধর্ম্মকার্য্যার্থং,
প্রতীক্ষ্যোঽষ্টৌ নরঃসমাঃ।
বিদ্যার্থং ষড়্ যশোঽর্থংবা
কামার্থং ত্রীস্তু বৎসরান্। ২০৯

করিগুম্ব ধর্ম্ম কর্ম্ম অমগীদমক মপুরোইবনা লংফৈদা লৈগ্রবদা ফুপীনা—গুরুজনশিংনা হায়ব ইন্দুনা চহি নিপাল ঙাইগনি। মপুরোইবহুনা করিগুম্বা মহৈ মশিং তম্বা নত্ত্রগা মিংচৎ তানবা লংফৈ চৎথিবা ওইরগনা ফুপীনা চহি তরুক ঙাইগনি অদুগ মপুরোইবনা অক্কোম্ব ফুপী অমগা লংফৈদা লৈগ্রগনা চহি অহুম্‌তা মঙাহগনি; অদুগী তুংদা (মহল্লকত্রবদি) ফুপীহুনা মপুরোইবগী খোঙ্গুল লিগদবনি।

বিশীলঃ কামবৃত্তো বা গুণৈর্বা পরিবর্জ্জিতঃ।
উপচর্য্যঃ স্ত্রিয়া সাধ্ব্যা
সততং দেববৎ পতিঃ। ২১০

মপুরোইবহুনা মরমচৎ ফজদ্রব, অপাম হুংশিদা কা-থেল্লবদসু নত্ত্রগা মহৈ-মশিংনচিংবগী নিংথিব গুণবু মচেন্দ্রসু লমচৎ ফজরবী ফুপীনা মপুরোইহুবু লাইগুম্ থন্দুনা লুনা সেবা তৌগদবনি।

নাস্তি স্ত্রীণাং পৃথক্ যজ্ঞো,
ন ব্রতং নাপ্যুপোষিতম্।
পতি শুশ্রূষতে যেন,
তেন স্বর্গে মহীয়তে। ২১১

মুপীশিংগীদি মপুরোইব য়াওদনা ( মাগী মাখলদগী তোপ্পা ) করিগুম্ব যজ্ঞ— লাইনীং অমত্তা তৌফদে। মপু-রোইবগী য়াথং নত্তনা মখোয়না করিগুম্ব ব্রত উপবাসনান-চিংব অমত্তা তৌফদে। মখোয়দি অতৈ খোয়দোকপা লাইনীং-লাইশোল তৌরুব্রবস্‌ পুকচেল তিংনা মপুরোই-বগী সেবা তৌজবতনা স্বর্গলোক য়ৌই।

মুপাদি মুপীনা মীবকচ'ব য়াদব মতমদা. অতোপ্পা মুপী অমগী মতেংনা যজ্ঞনচিংব তৌবা য়াই, মুপীদি মত্ত য়াদে।

অনেকানি সহস্রাণি, কুমারব্রহ্মচারিণাম্
দিবং গতানি বিপ্রাণা,
মকৃত্বা কুলসন্ততিম্। ২১২

মচা পোকত্রগা স্বর্গ কাদে, মসি অয়ানব য়ানি। সনক, সনন্দন, সনৎকুমার বালখিল্যনচিংব ব্রহ্মণ ব্রহ্ম-চারী লিশিং লিশিং মচা পোত্রমদনা ব্রহ্মচর্য্যগী পান্থেনা স্বর্গ কংখি। মতৌ অসুম্না সতী ওইবী মুপীদি মচা পোবত্রবস্‌ স্বর্গ কংই ; অচনা মচা কংননবগী দমক্তা লাংতক্লরোইদবনি অহুগা লুপ্রাবীসু মচা কংননবগী দমক্তা অতোপ্প মুপা অমা খল্লোইদবনি।

মৃতে ভর্ত্তরি সাধ্বী স্ত্রী, ব্রহ্মচর্য্যে ব্যবস্থিতা।
স্বর্গং গচ্ছতি অপুত্রাপি,
যথা তে ব্রহ্মচারিণঃ। ২১৩

লমচং ফজরবী হুপীনা মপুরোইব শিবগা ব্রহ্মচারীব্রত ঙাকতুনা লৈগদবনি, অমুক মচা পোক্লব হোৎনরোইদবনি। মচা লৈত্রবস্থ মখোয়দি মথক্তা হায়খ্রিব ব্রহ্মচারীশিংসিংন্মা স্বর্গ কাবা য়াই।

অপত্য লোভাৎ যা তু স্ত্রী, ভর্ত্তারমতিবর্ত্ততে।
সেহ নিন্দামবাপ্নোতি,
পতি লোকাচ্চ হীয়তে। ২১৪

হুপীনা কৈদৌঙৈদস্থ অরানব লমচংনা মচা পোক্লবা হোৎনরোইদবনি, অদু তৌরুরবদি হিংলিঙৈদা মীনা নিন্দা তৌনৈ অদুগা শিরবদস্থ (মচাদুগী পুণ্য ফলনা) থক্ স্বর্গ ফংদবতা নত্তনা মাগা মান্ননা ধর্ম্ম কর্ম্ম পুন্নমক তৌমিন্নরিব মপুরোইবদুনা ফংলিব পুণ্যগী খুভমদুমকস্থ ফংমিন্নবা য়াদে।

সভাং বা নপ্রবিষ্টব্যং, বক্তব্যং বাসমঞ্জসম্।
অব্রুবন্ বিব্রুবন্ বাপি,
নরো ভবতি কিল্বিষী। ২১৫

ঐমক্কী খোক্তব করিগুম্ব সভা অমদা য়ারগনা ইচং চংলুদবনা কৈ, করিগুম্ব চংবা তারদুনা চংলুরবদি মতুদা অচুম্বতা ঙাংগদবনি, মক্ষমতুদা চংলগা ব্রা অমত্তা ঙাংদব নত্রগা ওইদবা ঙাংলুবা অনিমক্ ফত্তে।

যত্র ধর্ম্মো হি অধর্ম্মেণ, সত্যং যত্রানৃতেন চ।
হন্যতে প্রেক্ষমাণানাং,
হতাস্তত্র সভাসদঃ। ২১৬

সভাতুদা শরুক য়াবিব— মরুওইনা খন্নগদৌরিবা ইংফমতুগী রা পুতুনা রা ঙাংলিবতুদা মরৈ য়েংলিব মীওইশিংনা, মরৈ কনবতনা চুন্নবর্দি লৈতুম রাত্তে হায়বগুম্না পংলংতা লংনতুনা মকোক (অধ্যক্ষ) ওইরিবতুবু থাজদব থোশাদবগুম্ ধর্ম্মবু অধর্ম্মনা সত্যবু মিথ্যানা নমহংগ্রবদি অতুগা শাক্ষী পীগদৌবিব কাংবুতুসু রা ওল্লবনি হায়ৰনা অরানব শাক্ষী প্রমাণতা পীনবতুনা সভাতুদা নৈনরগা ভারকদবা ওইফম থোকপা অচুম্ব ফীবেপতু মশক খঙবা মঙমদ্রবদি অতুগুম্ব সভাতুদা হেক যাওনিব মীওই পুন্নমক (মকোকুগীনা চুম্না ভাবেক ওইনা ভারুব মী ফাওব) অরানবা রাশিং ঙমস্তুং শাক্ষী প্রামাণশিংতুমক্না শোক্লতুনা লোয়না পাপ চেল্লি।

অগ্নির্যথৈকো ভুবনং প্রবিষ্টো
রূপং রূপং প্রতিরূপো বভূব।
একস্তথা সর্ব্বভূতান্তরাত্মা
রূপং রূপং প্রতিরূপো বিহশ্চ। ২১৭

মশক অমত্তা ওইরিব মৈসি— শক্লাই চুনাই-মিংনাইরব মৈ ঈশিং-তুংশিং লৈবাক অতিয়ানা পুনশিন্দুনা ওইরিবা সংসারসিদা চংশিনগ্রগা মানা (মৈনা) চাকনিঙাই ওইরব শীং অমস্তুং অতৈ পোংশিংগী মওং-মতৌ মতুংইন্না

মাগী চাকফম ওইরিবশিংদুগী মওংশিংদুগুম্না মৈত্তুগী লেপ্পি ( অশাংব পোৎ চাক্লিথৈঙেদা মৈত্থু শাংই, মতুম তু পোৎ চাক্লিথৈঙেদনা মৈত্থুসু মতুম তানা উই ) মতৌ অদুং থরাই পানব পুম্নমক্কী থম্মোইদা লৈরিব আত্মাসি— মাং চানব মওং-মতৌদি অমত্তা ওইরবসু মাগী কায়দাং ওঁ বিব হক্‌চাং হকচাংদুগী মওং-মতৌ অমসুং মিংথোনশিংগী মতুংইন্না মওং-অমত্তা ওইবিব আত্মাগী মশক মতৌ তোং তোংনা উবি থংনরি। তৌইগুম্বসুং মাগী কায়-দোংশিংদুগী মিংথোনশিংগী মখা পোন্দনা আত্মগী মশক মতৌ য়াম্না উনববসু থংনরবসু অংঙইবমক আত্মাদি মযামশিংদা ইতোপ তোপ্পানি শবনাই চুনাইদবনি, অমত্তনি তানি ওদবনি মতম লৈরখিবিক্তা চৈতন্য শকফমনি মফম মতম্ পুম্নমক্তা মিকপ থোক্না লৌশিং ইত্তা তানা লৈবনি।

বায়ুর্যথৈকো ভুবনং প্রবিষ্টো
রূপং রূপং প্রতিরূপো বভূব।
একস্তথা সর্ব্বভূতান্তরাত্মা
রূপং রূপং প্রতিরূপো বহিশ্চ। ২১৮

জগৎসিনা শিংলিব হুংশিৎ অমথকসিনা জগৎসিমক্তদা চংশিনথ্রগা মানা চংখ্রিব ( পাত্রশিংদুগী ) হক্‌চাংশিংদুগী তোঙান তোঙানব শকফমশিংদুগী মতুংইন্না—হকচাংশিং-দুগী মিংথোলশিংদুগী মওং-মতৌগুম মাবুসু থংনরি। মতৌ অদুগুম্না থরাইপানব পুম্নমক্কী থম্মোইদা লৈরিব অমত্তা

ওইদুনা আত্মাসি মানা কায়দোং ওইনরুরিব হকচাং হক্তনাদুগী মওং মত্তৌ অমসুং মিংথোনশিংগী মতুংইন্না মাগী মিংং-মত্তৌ অমসুং মিংথোন নাইনা থজনরি। তৌইগুম্বসুং মিংখোন পুন্নমক্তগী পুমত্তোপ তোপ্পা আত্মাসিদি শরাই নাইদবনি, অমগুনি, অনিগুদবনি, মতম্ লৈবথিক্তা চৈতন্য শীকফম্নি মফম-মনম্ পুন্নমক্তা মিকপ থোক্না লোৌশিং ইংনা তানা লৈবনি।

মমৈবাংশো জীবলোকে,
জীবভূত সনাতনঃ
মনঃষষ্ঠানীন্দ্রিয়াণি, প্রকৃতিস্থানি কর্ষতি। ২১৯

পরমেশ্বরগী শরুক্ত মচেৎ ওইবনিব মতম লৈবাখিবিক্তা অমাং-অতা ইলে লৈত্রব জীবাত্মাসিমন্না থরাইপানব পুন্নমক্তী জীব ওইরদুনা—প্রকৃতিগী ওইব মিৎ নাকোং-নাতোন-লৈ উনশা অমসুং মন (পুক্নিং) মখোয়সিবু ফাজিন্দুনা থল্লিবনি।

শরীরং যদবাপ্নোতি যচ্চাপ্যুৎক্রামতীশ্বরঃ।
গৃহীত্বৈতানি সংযাতি বায়ুর্গন্ধানিবাশয়াৎ। ২২০

পরমেশ্বরদগী ওইথ্রিবা জীবাত্মানা হকচাং অমদা চংশিন্খিবদা (হকচাং অমা ফংবদা) নত্রগা অমা থাদোক্লকপদা [অমদগী অমদা হোংবদা] —মিৎ,নাকোং,নাতোন,লৈ-উনশা জ্ঞানেন্দ্রিয়শিং অমসুং মন (পুক্নিং) তরুক্সি লোয়নখি, ইরোয়ত লোয়নৈ; কনাগী মত্তৌগুম্না—হুংশিংনা মফম অমদগী অমদা হৈনম লৈনম্ পুত্থনা চৎপগুম্না।